# মেমোরেন্দম

মনিপুর পণ্ডিত সভাগী রারেশ

নিংথোল অমদি দাবী মানবা মরমদগী তাং ৮।১।৮১ দা কোনুংগী দরবার কোলদা তৌখিবা মিটিং অদুগী মতুংইন্না তাং ৬।৫।৬৩ ইংগী রারেশ মনুংদা য়াওবা তাং ৩০।২।৭৬ ইংগী রারেশনে অনি অসিগা লোইননা 'ঐ' নিংবা লাইনিং অসিদা converted/চোংথাম ইবোয়াইমনা পুহংলকপা।

মথাদা তাং ৬।৫।৬৩ গী রারেশকী মনুং চনবদা য়াওবিনা চেঙাৰ্বনি অসিনা এজেণ্ডা ওইনা লানখংচরি মচুনি—সারে জগৎকে পণ্ডিত লোগোংসে মুজে জানকেলিয়ে মেরি প্রার্থনা কাহকি?

আজকল বৈজ্ঞানিক যুগনে—হাইড্রোজেন—এতোম আদি ননা প্রকারকে বিনাস ময়ো অস্ত্র শাস্ত্র দ্বারা ভগবান ইসসংসারক সৃষ্টিকো অন্তর্কনেকেলিয়ে জারহি হৈ। বর্তমান যুগমে লোক শার্থ হোকর এক দুসারক প্রেম ভাককো মিত্রাকর সারে জগৎ জিবনক দুখ ময়োঃ বনানেমে শল গাল করতে রহিহৈ। অতএব জনিতি ধর্মনিতি সার্থ জানা আবৈশক সমঝাজাতং।

কেবল রাজনিতিহি সংসারকি শান্তি ভংগ করনে জারহিহে। ইসসে ধর্মনিতিক দ্বারা রোকনা আতি আবৈশক হৈ। ২০ পর্থা

পণ্ডিত ভোংসেং মেরি ইনলন্বাররমর প্রার্থনা কাইকি জগৎকে সারে পাণ্ডব ঞ্লোংকী এক সমাহিক সভাগী আয়ুর জনকর বিশকসাঃ শমপুর্ণ কিক্তোয় হভিত্র শান্তিকো খিশরর ভারতকো শান্তিকী কৈলান হো শক্তে হৈ।

শায়রিবা চেত্তাবলি অসিগী মখাদা তাং ৬। ৫ । ৬৩ দগী চৌনা লোইমনা = মৈতৈ চংলম য়াংপি আমাইবশিংনা পুখৎলুক্লিবা থকক থৌরম থুদিংমক = মনিপুর পণ্ডিত সভা রেজিষ্টার নং ৫-৬১ ৬২ হসিনা মত্তেংদা অরাবা থৌদাং য়ারগনি।

জেঃ সেক্রেটরি শাকংবম ময়ুরধজ

চন্দ্র শিখাস্তা.

ময়েংবম লৈকাই।

মনিপুর পণ্ডিত সভাগী ১৯৭৬ ইংগী রারেপ।

তাং ৬ । ৫ । ৬৩ ইংগী মরিত্তবা রারেপ ওল পৃথিবী অসিবু শান্তি ওইহনবা ভারবদি মনিপুর অসিবু অহামবদা ইংহনবিয়ু।

মখাদা ঙসি তাং ১৭ । ২ । ৭৬ ইং কাইরেনগী ১০ নি পানবা চেপাকপোকপা কুমিক্তা উরিপোক লমবোইখোংনাংথোংদা লৈবা চোংথাম বোয়াইমগী য়ুমদা মনিপুর পণ্ডিত সভাগী চহিগী ওইবা মিটিং অমা কমখি। ইকাই খুম্নরবা নিংথৌখোংজম কেরামীনা সভাপতি ওইবিখি।

মুংথিল পুং ২ দগী ৩ কাওবদা য়াম্না কুপ্না নৈনরবা তুংদা মখাগী রারেপশিং অসি য়েংনবা লৈতনা পাস তৌখি।

১। মরমদি হৌজিক মৈতৈ লোনবু (৮) শুবা সেছুলদা হাপ্পা = য়াওচনবা কারবদি ময়েক অমা লেপ্পগী দরকার ওই।

২। কায়রিবা ময়েক অসি ওর্গেনাইজেশন য়াম্বা মরমদগী অরেপ্পা ময়েক অমা লেপ্পা ওমনস্ত্রি।

৩। ময়েকসিদা নত্তুনা মনিপুরী জাতি অসিগুম অমনা মৈতৈ = অমনা মৈতৈ কায়না অমা অনি থোক্পা য়েংনরিবা অসিগুম লৈপাক্কী ইকায়নিংঙাইগী মশক অমনি।

৪। পারোই = পুরোই = নাছুং নারেং লুহোং = থোংদোং নচিংবদসু অকাইবা কয়' লৈরে।

৫। অসি পুম্নমক অসি কষ্টম লৈত্তবদগী থোকলিবনি।

৬। অসিনগী হেনজিলকলবদি সিবা নাবা ফাওবা থোরকপা হাই।

৭। মরম অসিদগী রেজিষ্টার তৌবা হৌদবা মরনাই অথং ও চ মীওই কয়া য়াওনা তিল্লগা অরেপ্পা অমা লেপ্পনবগীদমক হ্রেক (৭) কী মতুং ইরা জুমিং (৭) নত্রগা ১৪ নি চপ্পা মিটিং অমা তৌবা নিনবা :

১। হোম মিনিষ্টর

২। প্রাইম মিনিষ্টর

৩। মনিপুরগী চিফ মিনিষ্টরনচিংবদা কোপী অমমম থাবা হায়না ওসিগী মিটিংদা লেপ্পরে।

---

# Executive Members

1. Okendrajit Sanakonung, Imphal Manipur Meitei Custom Ruler, Chairman
2. Sapam Momon Wangkhei Lourembam Leikai Imphal, Municipal Commissionr, Vice Chairman.
3. Chongtham Mangi Uripok Lamboi Khongnangmakhong, Imphal Lecturer, General Secy.
4. Thokchom Thoiba Uripok Lamboi Khongnangmakhong, Imphal, Student, Asst. Secy.
5. Thokchom Goasai Lalambung, Imphal, Teacher, Treasurer.
6. Laishram Yaima Sagoldband Sayang Leirak, Konung, Member
7. Thongam Amusana Ayangpali Wangkhi, Imphal' Konung Maibi Ashuppi, Member.

---



চোংথ'ম ইবোয়াইমা স্রা বোজুং আমাইপুরেল

# মৈতৈ লৈমগী মরন



## অহানবা মতাং

## "শ্রী" নিংবগী লম্বী খিবা

হান্না শেম্বা  কোন্না লোইবা হায়না ইত্থনা থম্বিরম্লিবা য়াবি লথুল  য়েংনা — মীরৈপাক পুম্নমক্কা চাওখংপা  লোইশ্রবা মতুংদা মৈতৈ এখোয়না খ্বাইদগী ইকোন কোন্না চাওখৎকনী ।

মতুং ইন্না তাং ৮ | ২ | ৮১ ইং  কাইরৈনগী মরিনী  পানবা নোংমাইজিং কুমিত্তা মৈতৈ চংলম য়াংপি অমাইবা লোইশংনা শিল লাংহনা মনিপুর স্না কোমুংগী দরবার হোলদা অচৌবা  ধর্ম্মগী মী-ফম অমা কমখি — কমখিব  মীকম অহুদা ধর্ম্মবু থাজবা (চিপ) —

জিববু মুংশিবা থংবা অথং অহ কয়ানা লাকপিহনা মানা=মানা অথংবা রাকম কয়া ভাংবিখি=ভাংবিখিবা রাকম অদুগী অয়িবা চেগু পিরকনি হায়না রারেপ লৌনখি।

লৌখিবা রারেপসিগী মতুংদা লৈপাক অসিদা পোক্লিবা মৈতৈ জাতি-অসিগী (ধর্ম্ম) অমসুং লাইনিং লিচৎ=লাইশোল-ভিলশোল অসিবু য়াম্না কুপ্না য়েংশিল্লরবদি মৈতৈ ঐখোয়গী নংকময়ে=মালেমগী থক্তা পাল্লিবা ঐখোয় মীওইবা থুদিংমকী ওইরমলে।

অসিগুম্নবা মমল য়াম্নবা পাওরৌশিং অসিগী রারি লিখল অসিদি ভাইবং মীওইবগী মপোক্তা পোক্লগা শিদবা ভুম্নবা মঙাং লাইনিংগী কোলোই ময়াথং ভাক্তা ওইরম্লে। অদুগুম্নবা মঙাং লাইনিশিং অনৌবগী মশাওল লৌরেমবম কুক্ক খোংনাং থাবনা মঙাং লাইনিংশিং অনৌবা ওইনা লৈরিঙৈগী মতমদা নিংখৌ নাওথিংখোংনা করিগুম্বা ভৌহৈদবা থবক থোরমদা ভৌকুবা লংজকুবদগী চিংঙ্ মখোং খাদা চংক্কুবদা চিংঙ্ মাগী মখৌচাস্তগী নিংখৌ নাওথিখোংগু মুংচেং ইথামাংক্তা লাইনিং পরৈ চেৎপদগী লংঙক্কুবা খিবিযপু কোক্কুনা থরাই আতাবরু ফংজখি=থরাই লায়া থৌরম কৌবদি চংনা নোংকাববু থংনৈ। হায়বদি চংনা নোংকাখি।

মমাংদা হায়া মপা ইবুংঙো নাওখিংখোংবু হায়া চংনা নোংকাগ্রবা মচানুপা তাওরোই নাইগু সিখিদে=সিখিদে হায়বগী রারি লিখুন অসি অমম মুংলোন কৌবা লাইরিক্তা মোংকম কৈতবগী মরিদা য়াম্না ইহ্নুনা থম্মীরম্মি।

মতুংদা ১৭১০ ইং গোরোপ নাম্বাক-পাং হৈবগী মতমদা তাকপিরম্বা রারি লিখুল কম্বাবু সিদবা উপালশুম্বা শোইরকদবা শোরোইদবা। কলি যুক কোননচক্কী তমথিবা লমচৎ নাইরোইদবা পুম্নমক্কী রারি অসি লোইনা মথং সিংনা লিবিরল্লগা হনথিবনা গুরুদি কেংক=পাৎ য়োরগা অংমনমক মাংগ্রে হায়রি।

মথক্তা হায়ঙিবা লৈরেমবম কুরু খোংলাং থাবা হায়রিবা অসিমকত সিমদে কুরু অমনা লাইনিং লিচৎ (১৬) থমবিরমমি লাইনিং লিচৎ (৮) অমনা হিংচাবগী লমচৎনী, লাইনিং লিচৎ (৮) অমনা লাইগী লমচৎনী।

হিংচাবা য়াইস্নগী মশক তৌরবা মীহিংচাসিংগী লমচৎনা লৌশিং লাংগাক কনবা=য়েক্লা পাওলৈ চেলবা=কনজাও মৈরা থোকপা=পনুপ লৈনেম পকপা=মীনাম খুরান হৈবা=জনপাম হবো লাংবা মাপান ময়াই কাবা=উনপি পুক্লিং ছকপা=হায়রিবা (৮) অসি নপা পুক্লিং শুপান খোক্লনি চৎকরোইয়ে।

মথাদা লাইগী লমচৎ (৮) অসিদি (১) য়াথং রাচুম শুবা (২) উনপি পুক্লিং লেপ্পা (৩) য়াইবা থরাই ছাকপা (৪) মরান য়ুমলুং শেবা (৫) জালোই ছুম্বা নিংবা (৬) হকচাং কোনচু লংবা (৭) শমু মকাক মকহনবা (৮) ভারা চাতংচাবা হায়রিবা লমচৎ (৮) অসি চৎলগা মশানা লাই ওইবা য়ামনি। তৌইশুম্মুং অহাংবা অসিবু আশুম-আশুম পায়হনা চৎপদা অতিয়া অমসুং অহাংবা শোরারেন অসিনী মখোং কংদবশুম্না-মীওইবা এখোয় অসিনা চিংডু খোইয়ুম লাই কনাবু নিংজুবদা খোয়ুম লাই কনাবুক

কংলোই। মরম অসি লৈবনা নোংপোক লোমদগী চৎলিবা—হৌজিকমকপু নোংচুপ লোমগী ভখেল লৈপাক্তা চৎলিবা বুদ্ধ ধর্ম্ম অসিবু মৈতৈ ঐখোয়না লৌরমদে অমসুং চৎলমদে চৎলমদবা মরম অসিনা ভাকপদি বুদ্ধ ধর্ম্মবু হেনবা মৈতৈ ঐখোয়গীগু (টেচিং) অমসুং লাইনিং লিচৎ (১৬) অসি লৈবদগী বুদ্ধ ধর্ম্মবু লৌরমদবনি হায়বসি অরেপ্পনি।

ভৌইগুমসুং ধর্ম্ম হায়বা পোৎশক অসিদি লম্বীনি—লম্বীবু ঐগী মীনা নাইদে চিংমী ভম্মী থাইদে=জাতি=বীজাতি থাইদে নোকনগা=কপ্পগা মাররিবা ঐখোয় মীওইবা থুদিংমক্তী ওইবা ঐ নিংবা হায়বা ধর্ম্ম অসি মীপুম থুদিংগী ওইবা ধর্ম্ম ন।

লাইশোলগী মরিদগু মৈতৈ ঐখোয়গী ইরন ওইজরিবা মৈতৈ লৈমা পলেমগী মরল ওইনা মঙাং লাই নিংবশিংনা থম্বোর্ম্মলা লাশোল অমসুং মিংখে—মিংলেন অসিগু ঐখোয় চিং অমসুং ভম-ভগী ওইরোই থরাই পানবা থুদিংমক্তী ওইবা মিংথৈ—মিংলেননী; অসিগুরবা মিংলেন অসিবু হেক পোমদবত্তা মী অমসুং শা—থুদিংমক অদু শোইদনা থুদক্তা শিগনি ভাইবং থরাই ওইবিরিবা (হায়) মহাক্তী মিংলেননী।

অসিগুরবা মিংলেন অসিদি ভাইবংনা থংথি—উথিনী হায়ং ভুনা আপক হায়বা লাং অচুনা কুপভুনা ম্রাগী সোচুম মাপললা লোম্বুনা থমপ্পবা মিংলেননী (হায়) মহাক্তী মিংলেননা মশেক অমমুং মঙাল উগদবা মতমদি মতম (৩) থক্তা মশেক মঙাল ওইনা উগনি হায়রিবা মতম অদুদি ভাইবং পোৎলুম কায়বা মতম অমা

খংগনি; মতম অমনা লোইবা চিংজাওদা কাররুবা মতম অমা খং-গনি, মতম অমনা তাইবং ওইবা ঐখোয় অসি ভৌরাং কক্তা ওন অয়োগী নাহে তমনা তাইবংগী চু শিজয়বা মপা—অমদি মমা, মরুপ মপিজাশিংনা কোয়সিলহনা লাইরেনগী কোল কোন য়াত্তাবা মতম অমা লাকনি লাকদোরিবা মত্তাং—মতম অহুদি লাক্লিবা মচা লাক্লিবা মমা খিবিক্লা ইমা ঐ ল্যাকলিয়ে—ইবেম্মা ইয়া লাকলিয়ে হায়না হংলুবদা খংনা—খংনা কৌররোই—য়েংনা য়েংনা উররোই চরৈ ফীগু পামলরোই তাইবং হল্লা য়েংকরোইদবা মতাং অমা লাকনী শিংয়েং অনি শুররোই থমলুং কিকোই কল্-ওনবী ইমানা পলেম নত্তনা পালেমসা—পল্লৌ নত্তনা পল্লৌসা—খোইনৌ মমায়বী শাহনা খেম্বা মত্তাং অমা লাকনি অহুগুয়বা মতাং—মতম অহুদা (হয়ি) মহাক্কী মিংলেনবু মশেক মশাল ওইনা উগনি।

অসিগুম্বা তাইবংদা অচান মীরাই নাইদবা অচৌ পিশক খাইদবা (হয়ি) মহাক কোল্লোই মিংলেননী অসিগুম্বা মহাক্কী মিংলেন অসিনা তাইবং ঐখোয়গী ইথরাই ইমিরেন ওইবিহনা তাইবং ঐখোয় খুদিংমকসিনা হিংহনা লৈনরিবনী হায়রিবা মিংথৈ অসিবু ঐখোয় খুদিংমক্না চেংনা খংগদবনী চেংনা থমগদবনী।

অহুঙৈ—লাইগী চক—ব্যাইগী যুক কোহংকো—পয়োহংকো—তয়োহংকো চক্তা কৌরেন অহনবগী মতমদা—কৌবরেন—য়াং-ারেন খাংজিং মাজিংনা চিংনা নোংমগী হুমিত্তা খোইয়ুম লাইরাম

পুন্না য়াখোক্লুনা লাইয়াম পুম্নমক্কা শায়খি শায়খিবা মতম অসিদা সনখোং য়োইমোই নিংথৌ = খুমন্নুং লাইনিংথৌ = খানা চাওবা = নোংপোক চিংগোই মরি পানবা = নোংলাই নিংথৌ শকহেলবা = মালং মুংশিং নিংথৌনশিংনা মাইকৈ ভাকপা লাইয়াম পুম্নমকশু য়াওনা শায়খিন্দ্রেদা কংনা স্না য়াইবিকোন অসিদা চিংগু খোইয়ুম পুম্নমকপু খংহল = উংলবিরগে হায়বগী মতে শুম্না চিংগু য়াইপ-রেন শিদবনা সাফোংবিরক্লে চেংলৌ শকখোংগি উহক্তনা অসি টেরান শক্না = খুবাক তাপুলখু = তরেংকা শেলকাংয়ে = মোইপুং খোননৌবা চিংন্নুংগী তারিখোং হ্না লেনগী পুংখং তোই অসে খোনমান শক্না শাফোংবিরক্লে = অদু ত রবা । কৌক্রুনা চিংনা চিংগু লাইয়াম পুম্নমক পুক্লিং আংক চংলে য়েংবদশু উদনা মঙ্গালগা লোইননা হায়রা খোঞ্জেলদি হাংল্লি অদুদা লাইয়াম পুম্নমক অদুনা কৌবরেন অহনবগী নাক্তা আচেল খংলে য়াংনা চেংশিন্নক্লে খেই য়ুম লাইয়ামগী পাওহংখোল অদু তাবদা কৌরবশু লাইয়ামগী অহল অমা ওইনা ইকাই শেলকোই হাংলে, হাংলবদা কৌবক্রুনা অমুক খুমলকই খংবুথংদা উবু উদ্রবদি ঐহাক অসি অহল্লনি। হায়বহ মঙাইরে = অহুনিনা হৌজিক্তি ঐ হ্না হায়রগে নখোয় লাইয়াম পুম্নমকশু তারো নখোয় = ঐখোয় পুম্নমক অসি লাইনি হায়বত্র ইয়ুম ইকৈ পান্দুনা নচা = ইচা পোক্লা চাত্তা নাওহারবা তাক্তনি মঙাইরে আপক লাংদা থুরবনি মরম অদুনা উবা কংত্রিবনি, মরম অদুনা নখোয় ঐখোয়গী সমু ইহকসাং আফোংবা অসি খজনমলসি অদুগা নখরাই ইখরাই অসিনা কাওবেনগী মণ শক লোয়গা সখাসি

থ ই না অমুক্তংদা য়েংলসি হায়রুনা কাওরেনগী ষণশক লৌরগা নোংপোক্কগীনা নোংচুপ — মথাদগীনা অরাং শমজি খাইহুনা খিরক্লে অহুদগু অহুমক উবা ফংত্রে কংত্রবদা অমুক হেন্না অঙাওবগী পানত্তম ওইরে।

চিংগু খোইয়ুম লাইরাযগী মত্তৌ কাপলৈ উবদা মুংচেং লাই-চা ঈরুমদা পাকল লিললাই নিংথৌনা মত্তোক তোকলেন লিশিং অমা পান্না শাফোংশিরক্লগা কোলোই পাওমেলবিরকলে সে সে খোইয়ুম লাইরাম পুম্নমক নখোয়না পুক্রিং আওক চংলিবা অহুবু চালুরগনু মরোন তারা মরিগী তুংনফম ওইরিবা য়াইপিরেন শিদবা লেংদনা লৈংনি থাক্তনগু খংলোই য়েংত্তনগু উরাই হয়ি মহাক্লা খোইয়ুম লাই চিংবা — নমু তাইবং পাল্লিবা ঐথায় পুম্নমক্লা চায়বা হায়রুনা চিংগু ইবুংঙো মহাক্লা তাওজিং হৈরাংবু শেমবিখি — শেম-বিখবা অহুবু উরগা — তাইবং পোকপি পলেমনা কল্লক মিহোবা তিলচুম খানাংবা পোক্লুনা সিংনবগী মওংগুম্না ইমা লৈমনা খোই-য়ুম লাইদগী চিংনা — নমু তাইবং পাল্লিবা ঐখোয়গীদমক্তা লাংতি হায়বগী শিংলেন লৈরাংগু কৌবনে, মরম অসি লৈবনা (হয়ি) মহাক্লা লাংতি হৈরাং — ইমা লৈমনা লাংঙি লৈরাং কৌনা মিং-থোল্লমবনা ওসি কাওবনা হৈরাং — লৈরাং কৌনা থংনরি খুংত্তম অমনা কনাগুম্বা মী অমনা হৈ চাবা উরগা অভবা মী অহুনা শোইদনা তিল চুমগনি।

মথাদা অসিশিং অসিবু কাওথিদনবা হায়রুনা মথং মথং থম-

বিরম্বনা ঐখোয় ঐখোয়বু পোকপি পলেমনা তাইবং মাপ্পা ওইব-শিংগী সমুগী খোংথাং তমবিরকপদা হৈনা-হৈনা হায়না তাম্বখিবা অচুবু করম্না কাওথোকলূরিবনো?

রাংউলোন (হয়ি) মহাক্না শেম্বনি হয়ি মহাক লৈবনা তাই বং ঐখোয়না হিংলিবনি, হয়ি মহাক্তি তাইবং খোয়গী থরাই ওইবনি নথাই নমিরেন ওইরিবা হয়ি গী কোলোই মিংলেনবু কাওগনু হায়না তম্বিখিবগনি হায়ববু চেৎনা কাওক্তরে'ই।

(হয়ি) মহাক্না শায়'রবা কুমহৈদি পোকপনে = শিবনে = তিংবনে লাংওল অহুম অসিবু চিংথু মহাক্না লোইবা লৈতনা শায়রি হায়বা অসিবু মতম খুদিংমক্তা কাওজদ্রবা মী মহাক অচু'দ তাইবংগী মপোক্তা অতাংবনি।

চিংথু ইবুংঙো মাহক্তি আচান মীরাই নাইদে-অচৌ পিশকথু থাইদে-অরাপ্পা-অনকপথু লৈতে-থরাই পাংলিবা থৈপিকি-তাইবং থরাইবু ওইবনী।

ওইরিবা তাইবং পাল্লিবা অসিগী মথুংদা তাইবং মী হায়বা মপোক অসিথু অমতনি হায়ববু চেৎনা কাওকরোই-মীওইবা ঐখোয় অসিগী হকচাং অসিদি স্না মহি-পাথংবা-লুমিৎ-থা-থরানমিচাক-(ক্র)-মালেম-হায়ত্থনা লৈরিবা-চিংথু খোইযুম লাইয়াম পুমম্নক্না তিল্লগা শেম শাগ্রবা তাইবং ওইবগী হকচাংনি। হায়ববু কাওদনবা হায়না মীচোন্দা খোনো শেংবলুরগা-থেংলুরগা থাইপক কৎনরিবা অসিবু নকমল্লি হায়ত্থনা থাজাককপ্পা!

লংজবা = অমদি তৌহৈদবা কয়াবু তৌরকপা মী মহাক্কী মথক্রাই করুবা ভিল = কাংগী মপোক্কা চংহুনা পোক্লবগু অমুকত অকবা চুং ফিরান চাবদি থকগু ওইদে।

মীওইবগী মপোক্কা চংহুনা পোকলুরবগু = মখোং জেকপা = মনা পংবা = মমিং তাংবা = লৌশিংগী মৈরাদা তোলোম্বা = ংম্মোই কনবা হিংচা = য়াইওম্বগী মপোক্কা শোইদনা চংহুনা পোকনি। মরম অসি নৈবনা অকবা থবক তৌবা = য়াইপি থরাক্ট তাকপা = চিপপু লুংশিবা খংবা হায়বা অসি লাইনিং লিচৎ মিপালগী মনুং চলবা অকুবা লাইনিং মথল অমনি হায়রিবা য়াথল অসিবু খংবা শুমজবা মী মহাক অহুদি মীওইবগী অতাংবা মপোক্কা চিংদে।

মখাদা মালেম অসিদা পোক্লিবা = পাল্লিবা নমু মীয়াম অসিবু শুপচিলনা য়েংশিল্লুরবদি = অফবা = করুবা হায়রবা মী মথল তনি অসিথক্তনি অহুগা লংলাগী লংচিল মাংলুরবা মৈতৈ ঐখোয়গী লাইনিং লিচৎ অসিদি অহৈডে কোকংকো চক্তা লাইনিংথৌ য়া মহিনা ক্রৌ নোংখোং কোইখিবা অত হৌজিবগু অশুমক কোইরি।

অহুগা মপাল পোকলেন পোকপা সিদবগী মযাথংবু পুংনা তাইবংগী অরাং অপা চিংথ নানথ খিখিকপু য়েংশিলুও হায়না পাও তাকপিখিবা অহুগী মতুং ইন্না তাকপিথিবা অতগু হৌজিক হৌজিকত্ত অশুমনমক য়েংশিল্লি য়েংলিবগী খুংঙম চাংঙম অহুমক উবা কংলি।

অহুগা মখাদা পাখংবনা কমপাল তোংঙি হায়রক্লিবা অহৎ হৌজিক হৌজিকত্ত অশুমনমক তোংলি মপাল পোকলেন ইবুংগো

চিংঙু স্নাইপিরেন মাংকদবা মপল পোকলেন পোকপনা কংলাগী কালখোং ৯ বু মশক খংদি হাইবদু পচেং। ফিরান পিবগুম্বা শিরি-খিবা লুহুপ স্নাইরংচান — লীরুং মখুংগু ভেলপি স্নাইওইবা — ভেল-পি কৌএাংকোন শাবা — মালেমগী লৈশেম থাং — ক্রো নোংহো থাং — কাপলাচি নাইবা — তরং থাংকোই স্নাংবা — লাইজ ইপুভেল — নোংলেন ইকৌভেল — মালং মাথিল নাইব ভেল — খাম্বি মন্নাং হৌব ভেল — খোমলেন টুমকল ভেল — চেংলৌ মিকপ খোকপা ভেল অসি খিবিকপু মপারি খোঁচাল খোইবগী শমু খুংভা থুম্বা ললকুবি-খিবা অহুগু কাইদনা লৈরি।

হয়েং তুংদগু অ গুম অগুম্বা লৈহৌবনা — নুমিৎ — থানা পাল্লিবা — মৈনা ঈশিংনা মুংত্রিবা মথৈ লৈহৌরগদবনি। অহুগা পাখং য়োইরেম্বা কৌবনা পোকপা মপারি শচিবা — মমোম থারৈম্নু অনিনা তাইবং পানবা খিবিকী থন্নাই ইহুল খৌ ওইখিবা অহুগু গসি ফাওবা কাইদন নমু তাইবং মীওইবগী চুপা — নাপ্পা অনিদা অমনা শাচিক ওই অমনা থপা ওইনা লৈরি।

মখাদা অহুমগী মাননবা খুংতম ক্রৌনে — মালেমনে — তাইবং মীওইবা — ঐখোয় অসিনে অহুব অসি অমত্তনী ময়ম্ অসি লৈবনা মীওইবা অমা মাংবগা — লৈপাক অমা মাংবগা চপ মান্নে হায়বা অসি লাইরিক্কগী য়ারি ওইনা পুমম্নক্পা খংনম্নিবা অসি অন্নানবা ওইহনগনুসি ঐখোয় অসি পোকপগী মৈহৈ স্নাহল্লসিগবা।

মৈতৈ লৈময়ী মরন

মথাদা মজাং চানা মৈতৈ লৈপাক্তা (ধর্ম্ম) মপাল থাও (ধর্ম্ম) মউ লিংউ শোইদনা মহৈ য়াল্লগনি ।

চোংথাম ইবোয়াইমা
আমাইবা পুরেন
(এগু প'ণ্ডিত অচৌবা)

---

# A few words

It is a matter of great interest to find the 16 point teachings (like that of 10 commandments of Christianity) collected and introduced by Chongtham Iboyaima, Amaiba Puren of Meitei Chatiam Yangpi Loisang in the meeting of the Loisang on [illegible] Feb 1981 in the discussion of the genesis of Meiteism (Meitei religion). The basis of the Amaiba seems to depend on available records, documents, old manuscripts, etc and study throughly with pain of the forefathers of the earlies days' Meiteis at different angles and try to disect the tendencies upto the present-day findings like an anatomist. Apparently, the works of the Amaiba shall give a valuable point and clue to our ever-busy researchers and scholars in the field of Meiteism and Meitei culture. Further, the paper read by the Amaiba on the day also clearly indicats of the oneness of all human beings of the world on the ground that every human being do weep and laugh with the same outter and inner feelings and emotions.

In the next stage of the discourse, the An aiba d scusses vividly to some extent of the Meitei Laining (in a sense religion) and tries to explain the theory of Ei Ningba (consentration of self). This appears to be an important exposition in the trend of Meitei Laining so far.

Lastly, the paper mentions Hayi a particular sound of two syllables in the Laisol (chanting) of the Meiteis to be prime soul in the mundane life and as a result, this shows the Amaiba has aptly advanced the steps in his studies of the origion of the Metcis, its tradition, culture, etc.

Benudhur Sarangthem
Ayangpali Kongpal

---

## অষ্টম শরুক মতাং

# "ঐ" নিংবা ল্যাইনিং

অতেনবা ৱাহৈগী থাগৎ ৱাহৈ ইনিংথৌনচিংবা ল্পোইশং মচা পুন্নমকপু হন্না হন্না নোক্তবা ৱাহৈনা থাগৎচরি

পুন্নমক্লা খংলবা = পুন্নমক্লা উৱবা মাইকৈ মরিমক্তা ও ধর্ম্মগী মৈরিনা মশক উনা উনা চাকশিল্লকপনা নিপী = নুপা = অঙাং, অহল থাক্লনা পুন্নমকী খঙ্গো দা মেরিগী মমিনা তারবা মতম অসিদা লোইসং মচাশিংনা অৱা কোংগাইবু থিদন মালেমগী থক্তা পাল্লিবা তা বং পুন্নমক্তা ওইবা য়াবা লাইনিং লিচৎকী ওইবা লাইরিক মচা অসি লাইরিক অমা ওইনা পুথোকপিনবা হোৎনবিরকপা অসিদা ঐনা থাগৎচরি।

হৌজিক অসি ধর্ম্ম হায়বা অহু লৈত্রবা ওৱাজোক ওইরবা মতম অহু লাক্লবদি নিংগীনা কোয়বা লমচৎলরগনী = লুখ্রা ফনেক্লা কেখেল কাররগনি মণ-পুননা মনা মশিং চাররগনি — যণনাওগী মখোমবু যণনবীনা থক্ররগনী। মমা = মপাবু থৌওইররক্রোই — লৈমা নিংথোবু মমাম্নবগুম্না চৎলরগনী। থকসি থাসি লৈররোই

হায়রবা মতম অদু হৌজিক অসিগুক চপ চানা থোক্লে = থোকলকপা মরম্না হৌজিক মাইকৈ নিপান্দা অমথীরবা মৈখুগা লোইনরবা মৈরি অসিনা অকনবা = অংশানবা = লাইরবা = হনাক হনবা অঙাং অহল্ থাক্লনা চপ মাননা মৈরবা মতম নি।

হায়রিবা মতম অসিদা হন্দক লোইশংগী শকোক ওইবিরিবা উজা অমাইবা পুরেননা মৈতৈ জাতিগী ওইবা লাইনিং লিচৎতি ঐ নিংতি হায়না লাইনিং লিচৎ (১৬, ক) লোইননা পুথোকপিরকপা অসিদা।

অসিবু তাজরগা = পামজক্লগা মৈতৈ খোয় অসি পোকপগী মহৈ যাল্লে মরম অসিনা মতাং অসিবু নাহাক্হনবিদনব, ইপা ইপুগী ইচিল ইনাও = ইমা = ইবেগ = ইচেম ইনেম পুম্নমক্কী মফমদা নিংশিংজরি।

নিংশিংজরিবা অসিবু খুদোংননা লোপ্লিনবীদুনা মাংহনবিরবদি শোইদনা থাইগী লমলবু তোল্লগনি অসিবু থংজগ্রিগে থংজগ্রিদৈদা ঐহাক অসনা থংজনিংবদগী কোইনা চৎনা থিজক্লবদা কনা অমনা অপোকপা নিংল্লম্মী, কনা অমনা সিদবা নিংল্লম্মী কনা অমনা পাখংববু নিংতি—কনা অমনা শ্রা মহি নিংতি মথাম পুমনমক অসি অরানবদি নঙনা হন ও লেপপা য়াবদি থক থোকতে থোক্লবা অসিনা মরম ওইদুনা অথং অহৈ পুম্নমক্কা চংজদুনা হংজবদা মৈতৈ ঐখোয়গী লাইনিংদি ঐ নিংবা লাইনিংনি অতৈ হায়রিবা পুমনমক অসিত্ত অরানবদি নত্তে মীওইবা ঐখোয়গী মেটরিয়েল

ড্রাক্তনি হায়না ভাকপিরকপগা অমাইবা পুরেনগা পুম্নমক অসিনা ঐ নিংব হায়বা অসি অচুম্ব'নি হায়না লৌবদা অরানবা ৱাকমদা লমজিংবদি থোক্লে।

অমুক্তসু খনজিন্দুনা য়েংজবদা মৈতৈ ঐখোয়গী লৈজরিবা ইপোং—ইচৈ—ইবুন ইথুম ইরৌ ইশিং ইথোল শংপল ইয়ুম ইক ইপা ইমা ইপু ইবেল ইপা ইতোল ইচেম ইনেম ইচিল ইনাও ইচল ইচেম ইচা ইশু হায়না লৈরিবা এনাতোমিস ওইনা চাংখাইহুনা লৈরিবা অসি পুম্নমক অসিবু য়েংশিল খংজিল্লুবগ। মালেমগী মকম খুদিংদা লৈরিবা ঐখোঙ্গী মীওইবা খুদিং অসিসু কপ্নাগা নোকপগা মান্নরিবা মখৈবু মৈতৈ ঐখোয়গী ইচিল—ইনাও নত্তবসু কনাশু মাওরমদ্রে লোইনমক মৈতৈ ঐখোয়গী ইচিল—ইনাও চাক্তা লোইনমক ওইরমলে।

অতুগা লাইশোলসু মৈতৈ ঐখোয়গী মিংথৈতনা ভায়বংগী মথরাইসু ওইরমলে হায়রিবা মিংথৈ অসিবু হেক্তা শোন্দবা মতম-দা মী মকাক্তা নত্তনা—সা—মণ হায়হুনা। লৈরিবা ডচেক ৱায়া তিল কাং ককচেং থোয়া রাহি মোমুনচিংবা পুম্নমক অসি লোইন-মক শো দনা হেক্তা শিগদবা চাক্তা ওইরমলে।

মরম অসিনা মৈতৈ ঐখোয়গী ঐ নিংবা লাইনিং অসি পৃথিবীদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমকপু লোইনবা কোতর ওইবা য়াবা লাইনিংনি, অসিগুম্নবা লাইনিং অসিবু পুক্নিং থাজনা নিংলবদি মীওইবা অসি কনানা কনাবু য়েংথিনরোইদবনি।

হায়না হন্থবা=তুক্কচবা ৱাখলুনা হন্থনা য়েংবা হায়রবসিগুম ঈশ্বরবু য়াম্না চিন্দা তৌবা ৱাকময়ন হায়রবদা খোইনগুম হায়মনবা থোক-লোং হায়না খল্লি।

অদুগা ঐনা হায়জনিংবা ৱাফম অমনা মীওইবা হায়বা মৈখোয় অসি ককু তকুবা তাশংলবা লাইনি ঐখোঈ অসিগী হকচাং অমগুং বোদি অসিগী মনুংদা নির আকার=নিরকার মশক লাকপা চুম্মদবা মথক=মখানা মশক ওইরবা শ্বর্গ=মর্ত—পাটাল=দ্বিপ নবখণ্ড মাপন ১৪ ভুবন মরোন ১৪ অসি লোইনা শুনা লৈরি-বনি হায়বা অসি পুনম্নকু খ নরবান।

অদু ওইরবদি মীওইবা হায়বা পোংশক অসি লাইগী চপ মান্নবা লাইগী তেক চুমথং ওইরবা তাইবং মীওইবগী অতুগুললবা লাইগী মশক ওইরবা মী ঐখোঈ ইশেল অসি করিগী য়েংথিনরিব-লো=করিগী খংন চৈনা হাংন থিনলবনচিংবা তৌরিবনো হায়বদা ঐদগী য়েংবা মীনুংশি থংদবা মীনম থুরান হৈবা পুকচেল অদুবু ঐনা চেল্লুবদগী থোক্লিবা ঙাক্তনি।

অসিশিং অসি থোক্তনবা অফবা মরমগী পাম্ব অদুদি খক লৈতরবরা হায় । খন্দুনা য়েংলবদি লম্বী=লম্বেলদি য়াম্না ফজনা লৈ. লৈরবগুম য়াম্না অংম্বা কাখৎতুনা চৎপদা ৱাগনি হায়বা অদু উবাগী ঐখোঈ অসিনা থকগুম চৎনিংলুদে=অতোংবদগী অকুৎপা মাইকৈদা চৎপা তারবাদি (গারিগী চাকা) কাংগী কাংখোং অদুনা হৱাওনা ওম্বনিংবা অদুগুম্বনি ওম্বনিংলিবা অসি মতম হেক স্নৌ-রকপদা মী নহাক্কী পুকচেল অদু লিক্লি=চফু ঙানথক হায়রিবা

পোংশক ও অসিনা লেপ্লিবা অহুগুম্না ফত্তবা থবক ফত্তবা রাখল গুহুমু ঙাকথোক্লবা কোংনহুনা নহাকশু অরাবা = অনংবা খুদোংথিবা = লাইররবা মীওইশিং অহুগী মাইগৈদা লেপপিমু ঐনা তৌরু-রিবা = লৌক্লরিবা অসি অরানবা রাখলনি। সমাজগী অমাংবনি হায়না খন্দুনা অমমববু ঈকাইবিমু অঙানববু উবা গুম্বা পকচেল অহু থাদোকপিরবদি ঙসি থোক্লিবা তাকৈ উহৈদবা থোদোকশিং অসি ঐথোয়গী নাকোং অসিন। তাজরোইদবনী = উশু উজরোই দবনি।

কা ওবিগনু নহাক্লা চয়োল অংগী মতুংদা কাওদনা চৈরে ফীবু ফীশু ফীজাম তৌরিবা অহু ফীবু শুবা নত্তে নহাক্কী উনবি পুক্লিংবু শুবনি হায়বা অসি থক কাওবীগনু নহাক ঐহাক্কী মতম অসিদা ধর্ম্মগী ইস্কুল অমা লিংখৎতুনা গুম্বা হৌহনবা তারবদি কনাগী অমাংবনো হায়বা অসি মী নহাক্লা খনথবিদ্রবদি গুকশোই শোই-দনা ধর্ম্মগী ইস্কুল অমা থম্বা হায়বা অসি শোইদ্রবনি।

লিংখৎলক্কদবা ধর্ম্ম হায়রিবা পোংশক অহু অত্তৈ করিশু নত্তে থমদবা য়াদ্রবা লশ্মীনি হায়বা অসি মীপুম খুদিংদা খংহনবগী মথৌ অমা শোইদনা লৈবা তাবনি ধর্ম্মা লৈত্রবা মৈপাক্কা = নিপি য়াওদনা পাত্রানা য়ুমপানবা ইমুং অহুগা অমহানি অমতনি, তৌই-গুম্বশুং মীওইবা ঐথোঙ্গি অসি চংলু = চংলুবা মক্ষমদা মীওইবা ঐথোঙ্গি অসিনা লৈরমদবশু থকশু লৈতে অহুগা লৈরমলিবা অতশু মরোন ইরোনদি থকশু মান্নদে হায়হুনা মী নহাক অহুগী নত্তবরা হায়বশু কঙ্গাগা নোকপগদি লোইনা মান্নে = মান্নরিবা মীপুম

পুষ্পক অসি লাইনিং লগী তিম্নবদগী ওইরকপা ঙাক্কনি। মীওই-বনা লৈরাং অঙুম শক খংনদবগী থোক্লিবা ঙাক্কনি। হায়বদি লৈরেংদগী থোকপা শিংজেল লৈরাং অমা. থৌনাওগী থোঙ্খোক্কগী থোকপ শিংজেল লৈরা অমা মীনুংগী চেন্থবকপা শিরাংগী লৈরাং অমা। শিংজেল লৈরা অঙুম অঁ সবু মশক খংলবদি ইশা লাংপুম ঐবু ঐনা শকখংবা ঙাযবা অসি ওইগনি।

অহিং অমংং মুংথল কোরী অমসুং মালেম হায়ছনা লৈরিবা অসিগুম্না তাঙ্খুদি গী মাগী মাগী চংলবী মতুং ইন্না খোংঙান খোংঙানবা মওংদা থৌরম কয়া কয়া পাংথোক্লবগু, অকোনবা ঙক্লিনলকপদদি মপু অমত্তা ওইবা মরম্না ঙসি কপ্পাগা লোকপগা মামংঙিবনি।

মরিশুবা পরেংদা অমুকগু হন্না নিংশিংজরি মতুংদি পোকপা অংদি শিবা হায়বা থৌরম অসি তোংঙালনা পোকপগী থোংগু তোংঙালবা থেং অমা লৈতে অহুম্না শিবগী লম্বেলদগু তোং-ঙবা লম্বী অমা লৈত্তে চপ মান্নবা ঐখোঙ্গ মীওইবা ঐখোঙ্গ মশেলনী হায়বা অসি পুম্নমক্কা খংনরবা ঙাক্কনী খংনা খ না উনা উনা ঐগী ঐগী ফংননবা পাঙ্গল কনবা মীচং য়াম্বা মীওইতগী য়েংবগু (ধর্ম্মগী) লম্বী হায়বদি লাইনিং লম্বীদা ওইনা অচুম্বা হায়-বহ থকগু ওইরোই।

মঙাশুবা পরেংদা ঐখোঙ্গ অসি ইমা ইপা অমত্তুনী লোইনবা ইচিল ইনাও ঙাক্কনি হায়না লৌরগা পুম্নমকী ওইবা অপুনবা

খোক্লকম অমসুং হক্লিলককম ওইবা (ঐ) হায়রবা ইবুংঙো অদুবু জাতি বিজাতি খাইদনা মাগী মাগী—ঐগী ঐগী ইরোন মারোল্লা নিংনববা খিনবা য়াবা মতাং মতম অদুবু গেনতন্ত্রিক কৌই ।

অসি পুন্নমক অসিবু লাল্লে কাইরে হায়না চংলবদি গনতন্ত্রিক নত্তে রাজ শাক্তনী হায়রবা অসি মীয়াম পুন্নমকত্তু খনবিগনী মহুদি লম্বী শোরোক হায়বসিদি অকবা ফত্তবা পুন্নমক্লা চংনবগীদমক শোরোক শেমলিবনি । অসিগুম্বা মতম অসিবু লাকনী হায়না লাইরিকশিংদা ইরমলিবনী ।

অরিবনা নোনা খুনথোক্লনা লৈপাক অসিবু শেমলম্বিগনী । মতম অদুদি মাংনা ফিশেং শেংলু—হাওনা চকফুং চাও হায়না হাইরম্বিবা অদু অত্তে কবিত্ত হায়বা নত্তে লৈপাক অসিদা ধর্ম্ম মশান থাও ধর্ম্ম মউ লিংঙ্ক হায়বদি খুর্ম্মগী মরমদা নৈনবা খননবা অসিবু হায়বা শোংদনা ওইগনী হায়না খল্লি ।

ধর্ম্ম নিতি নত্তনা রাজনিতিদা করি কৈদৌইদত্ত ওশান্তি অসি খোকহন্দনা শান্তিগী লম্বীদা পুরক্কনা লৈপাক মীয়াম্সু পুক্লিং ইংনা তম্না লৈহনগনী হায়বা অসি য়াম্না অরাবা পোংশক অমা ওইনা খোকনী মরমদি ধর্ম্ম নিতি—রাজনিতি হায়দুনা কৈরিবা পোংশক অনি অসি অমনা নিপিনী—অমনা মুশানী ।

অনি অসি তংনবা থান্নবা য়াত্রবা পোংশক্লী অসিগুম্বা নিশিঙ্গী মশক ওইরবা ধর্ম্ম নিতি অসিবু শেমগংপিহুনা অপুং কানা

ফজনা শেমগৎপিরবদি কৈহাও লৈবা লমদা হৌরকপা পোংচৈ অহুনা মপুং ফানা হৌরকপা অহুগুম্না তুংদা হৌরকপা অচাংশিং অহুম শোইদনা ফকম থোকলবনী।

লৈপাক অসিদা লৈকল্লিবা মৈতৈ জাতি অসিনা রাজ্যকলিবা মতম অসি ১৭.০ দা পাল্লগা পামহৈবা লিংথোউগী স্না কান্তক্তগীনা রাজ্যকলবনী অগুম হায়না রাজ্যকখিব অত্তু মৈদিংগু পামহৈবা মপামক = অমনা শিলোংবগী লাকপা শান্তিদাস গোসাই মপা-মকপু কোইয়াগনা মতমবু তাইহনা মাকলংদা হৈবী পাখি ওইনা হৌদুনা হালখরবনী।

মখোই মও অগুম হায়না মহেক লানা = লানা ইথুনা থঙ্গী-রক্লবা পাওশাংকী মতুং ঙম্না মাইকৈ খুদংদা য়াকাইরোন ঈশৈ শক্লুনা য় ইবিংকোন অ স মক্ষম খুদং শিনবা থুংনা নিলকলে নিল-লকলিবা লাইনা কিল্লকপা নতে হায়না শেম্বা কোম্না লোইবা হায়না মৈতৈ কংলাগী মনিংদা চরক্লিবা অসিগী মতুং ইম্না পৃথিবীগী চাওখৎ খোংথাংদা ভারত সংবিধানগী মতুং চম্না লাংনরকলিবনী।

কনা কনাগুম্বা কাংলূপশিংনা হোয় মিংখৈ লোনবু শোম্দুনা পুখংলক্লিবা মীওইশিংবু থাগৎপিবা নত্তুনা মখোইশিং অহুবু তাথী তাংওইনা অকনবা মিংম্নেংনা য়েংলুরবদি চিংগু মকাক্লা পোংকন লিক্লংনা তিংখৎতুনা ঈওতুনা শিন্নরগনী মরম অসিনা ঐখোয় মপেল কুংশিনসি ইপা অমত্তনা পোকপা — ইমাগু অমত্তনা পোকপনি হায়না

থন্থহুনা তাইবং মীয়ামগী মুংশিবিবা মতম অসি য়ণনাওগী য়ণখোম্বু য়ণপিনা থকপা মতমগী লৌ মপুবু য়োংনা তানবগী মতম অহুত্ত হৌগ্রবনী।

মরম অসিনা মতাং অসিদি ঐবু ঐনা চেৎনা চাননা নিংলবদি তাইবং অসিদা ওশান্তি থোক্কুনা তৌই = তৌইগদবা উরিবা অসিগুম্লবা তমথিরবা লমচৎ অসিশিং অসি তোক্কুনা ঈংনা কপ্পা মুংশিননা পানমিন্নবা ঐ নিংবা লাইনিং অসি নিংঙ্গনা লমচৎ ১৬ তরাত্তুক অসিবু মশক খংনা চৎলবাদি তাইবং অসিদা কনানা কনাবু তাথীনরোইগদবনী মরম অসিনা লা হায়বতুনা কনানো ? কৌত্রু হায়বতুনা কনানো ? কোয়ৌনা কদাইনো ? মালেম্না কদ কৈ দনো ? কোয়ৌথক্তা থোক্লিবা মুমিৎ অসিনা কনানো ? থা হায়তুনা থোক্লিবা অসিনা কনানো ? থৱানমিচাকশিং অসিনা কনানো ? হায়বা অসিবু শেমগৎলম্বা লাই অমা অমুক লৈত্রবরা ?

কোয়ৌ অমস্থুং মালেম অসিগা তাইবং ওইবা অসি য়ৌনা ঐখোয় অ সগী হকচাং অসিগনা মরি লৈনবরা লৈনদবরজ্রা, হায়বা অসি কুপ্না থিজিলবা খংজিন্নদবদগী অমনা অমবু থওইনদ্রিবসিনা করিবরা কত্রবরা হায়বা পুম্নমক অসি ঐ ঐনা য়াম্না মুন্না থন্থবা ওমত্রবা ঐ মহাক অহুদি তাইবং ঐখোয় পুম্নমক্কী শু য়েক্লবনী হায়বা অসি ঐখোয়না অহিংগী মুংথিলগী থক কাওরোইদবনী ঐ ঐনা অকবা থবক থবক তৌরবা = অকবা লমচৎ চৎলকত্তবদা তাইবং পুম্নমক অসিগু অকমা থবক অহুদা লোংনমকশু ইল্লকদবনী।

অশুম ত্তৌনা ইন্নকশিবশিং অমুবু নহাক্না মখোয়গী অহানবা শিলথাদা শিনথা পিত্নুনা মহাক মহাক্কী পুক্লিংগী শিলথ, পিগদবদি ঐখোঈ খ্বাইবু পোক্লিবা পলেম ওমাদা শিন্নগনী। অনিশুবদা কৌত্রগী মশক ওইরবা ইপল পস্থোগী লম্বীদা লমচিংগনী হায়রবা মরমদি রাংলনা ইপাদা খনগনী, লমচংনা ইমাদা ভমগনী, অমুগী মতুংদ অরেপ্পা থিলনা কোলকম ওইনা লমজিংবা অরেপ্পা হায়রবা অমুবু লৈত্রবদি চফু — লিক্লি — ভানথক হায়রিবা পোৎশক (৬) অসিশু লৈররোইদবনী নংনা-ঐনা অকবা থবক ত্তৌগে হায়না কেক নিংবা হৌরকপদগী পোৎশক (৬) অসিগী ফিদম লৌরগা মখোঈ মখোঈগী পুকচেল অমু নখোঈ ঐখোইশু চেলগদবনী।

মরিশুবদা শিলথানা নাদনবা হোৎনগনী মগাশুবা শিলথানা লাংরদনবা লম্বীদা লমচিংগনী মরমদি নাবু ভারবদি নংনা ঐনা লাইনিংগনি থক্লিবমু ত্তৌকুনা অনাবা অমু নিংলিদ্ধা করি কৈদে, চেদশু লাইবু নিংব। ওকলয়োইদবনী অমুগা লাইররংশু লাইরবা পোৎশক জমোৎনা অচ কোক্লনবা শুবা চাশা হোৎনরিদ্ধা লাইনিংবা ওয়রোইদবনী।

খ্বাইদগী মরু ওইবা পাম্বীগী হৌরকফমগী মরুদি লরচং (৮)গী অরোইবা অহৌবা ব্রাফম নংগী (তালোই হকুম নিংবা) নংগী — নংগী খোংলেন মপানববু খোংচি নাতৈ লানহৈদে মুমিং চয়োল (৭) মক নুমিং ভৈম তোংফরোই, থাংজা ১২ মক থাবিকারন চং।

অসিনা কাওরেনগী যণশক লৌরগা শমজি খাইদুনা থিরগা য়েংশি হায়না হায়রক্লে।

মতুং ইন্না কাওরেনগী যণশক লৌরগা নোংপোক্পা—নোংচুপ্পা মখানা অরাংদা শমজি খাইদুনা থিরক্লে—অংদগু অদুম্মক উবা ফংদ্রে অশুম হায়না চিংচু লাইয়ামগী অরাবা অদুবু উবদা নুংচেং লাইজ ঈমরুদা পাকন্ন লিলা নিংথৌনা মতোক তোকলেন লিশিং অমা পাননা সাফোংবিরক্লে শে শে চিংচু খোইমুম লাইয়াম নখোঙ্গীনা চুক্লিং অাহক চংলুবা অদুবু চংলুগদুন্ন মরোন ভরা মরিগী ভুংনকম ওইরিবা রাইবীরেনদি সিংদবা লেংদনা লৈবনি তাক্লনগু খংলোই য়েংদনগু উরোই রাম্না নক্পা লাপ্পনি অরেপবনা খংবনি নংগী = নংগী নিংনপুংদা লাইনিং পরে চেংব্লো হায়না তাকপিরগা পাকন্ন লিলা নিংখোগু অদুম মাংগ্রে।

মরম অসিনা লম লাপ্পা লাপ্পা থিরুরগা অমমব অহাংবগী মখোং ফংদবগুম্ন লৈনরিবা অদু ইশাদা পাররগা কংবগুম্না নখোঙ্গী ঐখোঙ্গীগী হকচাং পোনখাং অসিগী মনুংদা ঐ হায়বা মমল রামথ্রবা পোংশক অদুবু চরে কীরোন কয়াগী মনুংদা থুপতুনা লৈরমরে। হন্দক্কী ঐ হায়বা পোৎশক অসিগী মনুংদা লৈরিবদি কোরোংগু মালেমগু মুমিৎ, থা, থরানমিচাক অমদি অচৎ অচত্তা লেংলি পাল্লিবা পুম্নমক অসি তাইবং ওইবা ঐখোঙ্গী হকচাং কয়াৎসিগী মনুংদা লোইনা গুনা লৈরম্লে।

অসিনা মালেম পুম্নমক্তা লৈরিবা অমদি পাল্লিবা ঐখোঙ্গী মীওইবা খুদিংমকশু খংহনবা অমদি উহনবা তারবদি থম্ম নৈনদুনা অফবা ফত্তবা তান্নরগা অরৈ লৈত্ত য়েংদুনা চাদিম্নব. হায়বা অসি ধর্ম্মবু থাজরিবা ঐখোঙ্গী মখোঙ্গী মকাসি লৈমগী নত্তে নোংমদি শোইদনা উনরক্নুনা মৈতৈ লৈমা পলেমগু তাইবংগী মমান্নবী মরক্তা শোইদনা ভিন্নরগনী মতাং মতম অদুদগী হৌদুনা লৈপাক মাপল তুনা পাল্লখিগনী হায়বা অসি য়াম্বা = ইনাওশিংশু অচেৎ পা রাখন্তা খমবিগনী মতম অদুদা ঐখোঙ্গী নখোঙ্গী অসি পোকপগী মহৈশু শোইদনা য়াম্নগনি ।

ফরকনী হায়দুনশু ঐখোঙ্গীনা হোৎপু হোৎনক্রবদি কৈদোঙৈদ-দশু মকম লেংলোই, মরম অসিনা মীগী মরোম্দা শকলম ইরমবা পুম্নমক লোক্কুনা ঐনা ঐগী ইপোৎপু শেমগৎপা অমদি শাগৎপা হায়বসি তঙাই ফদ্রবা রাকমনী মৈতৈ লৈমা পলেমগী শক্তম ওই-রবা ইমালোন অসিদুনা ঐখোঙ্গীনা তাইবং মীরক্তা লিক্লগদবনী । তাইবং শকখং শকউনরগদবনী । শকখং শকউনবদা লাইগী মচা মশুংনা হায়বা অদুগা ঐখোঙ্গীনা লৈরিবা লোইবী চিংলোন (৯ ফি বা পিকথ্রবা ইমা লৈপাক অসিবুশু তক্ক তক্কনা লাইরৈপাক্কী হায়বা অদু মপুক মপুক্তা চিংনবা লৈতনা রাগদবনী

মরম অসিনা হক্তকী ঐ নিংবা লাইনিং অসিবু চপচানা খংলবদি তাইবং অসিদা কনানা কনাবু হন্থনা য়েংলোই = কনাবু হঙ্গৎনা উবোই মীগী মী চপ মান্নগনি হায়না মরমদি ঐগী ইশাদা

ৎিঙুল অনিগীশু ওকপুরোই=তাওহুইরোই কৌই অনি অসি চপ মাম্নৈ অমগুনি পোৎশক্তা অচৌ পিশক থাইবনি।

অরাং কৌক্রু লুপ্পা থোইবচিং হৌঃ মকু য়াইতরং তম্না হেমশেং-চিং অসিশু কয়াং মুংদা পুশিন্নরদি তাইবং ঐথোঙ্গী য়েৎথ:বা নাকাং অসিনা শাম্নরিবা=ঙাংনরিবা মাকৈ পুম্নমকপু তানরিবা কৌনরিবা নাকোং অসিনা কৌক্রু শোইদনা ওইগনি। মরম অসিনা অরাং কৌক্রু অশুপ্পা লৈমা লাই খুত্তাং তম্হানবা চাংক মপাল থাবা নো থৌ মউ লিংবা=হায়বদি ঈরিক অপিকপা অসি থাবিরক্তুনা নোংথৌ হায়বদি হকচাংগী মওং লিংখৎপিরকপা অতি-শিং অসি খ্বা উবা লুংশিবা হকচিলহুনা চিংখদনা থংনবা থিগিনদুনা শংবা য়াবনি হন্দক্কী 'ও' লিংবা লাইনিং তায়বা অলিগী য়াংউলোনদি পোকপা অমা লিংবা অমা নিবা অপিতনি।

মউ ঃ=অম, মসা অজুম অসিগী শাস্ত্রবু চাউবা পিকপা অহুগী মতিক ময়াঙ্গী মঙানগী পারিবা শক্তম অ বু খঙনিংবহনী॥

ইথোরকপা ঃ-

অকোইজম নোদিয়াচান্দ=ওরকে অকোইজম পিবা

ম্নাকোমুক্ত উমং লাই লোইসঙ অমাই পিবা

রেকম ঃ—কাকৈলেল মখা কোজেং লৈকাই

ইঙ্কাল তাং ৫।৫।৮১ ইং

কোইনা থিরুরগা চগুনদি মহাক্তী মখোংদা লৈরমলে হাইনা হায়রি।

মরম অসিনা লাইনিং লম্বী লাইনিং লিচৎ অসিদি য়াম্না কুপ্না য়েংশিল্লুরবদি ঐখোয় মীওইবা অসিদি লাই চাক্লা ও-রম্রে মরম অসি লৈবনা ইপা = ইপু লাই গুরু হ'য়না খর্মবিরমলে গম-য়মলিবা অসিনগু অয়েপ্পা ওইনা লোবদা খোইনা লেমজং-ংত ই ওইখোকলে।

লাইনিংবা হায়ব সি অপংবা মী হাংপা ভম্বা ভমনিবা লমচৎ পু থা:দাক্লগা শিংবা ভম্বনী শিংবা ভম্বা লমচৎ অসিদি য়াহৈ খো-- কম কাইয়োই কৈথা নোনবা ছ-গুম্বা চৎকনী অহুম হায়না চৎপা লমচৎ অহুবু লুয়াং হোংনেম লৈকোইবা হায়বা িংখোল অংবু ফংননবা চৎপা ভমপক্তনী।

কতুবা ভমথিবা মী হাৎপা হিংচায়াইভম্বা হায়রিবা লমচৎশিং অসিবু থম্বিরম্লিবা ইয়াম্বা খুমাং ওইবনা লাইনিং লিচৎ ১৬ কী মপুংদা কতুবা লমচৎ অসিবু শামু নমদ: কলা পোক্লা থমলগা = অকবা লাইনী লমচৎ ৮ অসিবু চৎলগা নশা নশানা লাই ওনবদি শোইদনা ওইগদবনী হায়বা অসি অয়েপ্পা য়াফম্নি।

মতম খুদিংমক্তা মীবু লাইনি হায়বা য়াখল অসিবু থক কাও-য়োইদবনি থরাই ও বু মশক থংম্নবা থিগলি লে ইনববু থিজিনবগু থকগু কাওয়োইদবনি চাবনা করম্না চাবা হায়বদিগু ভমগদবনী।

মথাদা ঐহাক অসিনা করম্না মকম কদাইদগী লাকপা লাক্লগা কনাদা পলবা পলেম ইমানা ঐহাক অসিবু থাবুম ১০ লাওপুবিম্লুনা

তাইবং অসিদা মীওইবগী মপোক্কা পোক্লরিবা ইমা—ইপা ২ গী খোমলাংগী লমন শিংননবা য়োকপিমনবু খংলগা—শেমবিমলবু খংননবা হোৎনবনা ঐখোঙ্গী মীওইবগী ইথৌ নি হায়বসি মতম খুদিং-দা কাওদবনা মীওইবা ঐগোঙ্গী অথোংবা ইরমী, কান্নবা খংনবা ওইজ্রববু তাম্নবা লানদবা কায়দবা হাথরিবা লমচৎ অসিদি ফাইগী লমচৎ অথোইবনী, লাইবু নিংত্রবা থরাই পানববু মুংশিবা খংত্রবা মীশক অৎদি মীওইবগী মপোক্কা শেল তোংত্রবা মীশকনী চায়বসি ঐখোঙ্গীনা চেৎনা থাজগদবনী মতম খুদিংদা ফম্নিগী মিংথেলেনবু কাওরোইদবনী হয়রি হয়োহে।

হন্দক্কী "ঐ" হায়বা পোৎশক অসিদা চল্লিবা অসিদি কোরৌ=অমস্তুং মালেম=স্থুমিৎ=থা থরানমিচাক্লচিংবা পুম্নমক অসি লোইন হাপচিনবদা লোটনবা চল্লমলে, অসিগুম্নবা ঐ নিংবা লাই-নি হায়বা অসিদি মৈতৈ ঐখোঙ্গীতগী নংলমত্রে তাইবংদা পোক-লি-বা মীপুম খুদিংগী ওইরম্লে। ওইরম্লবা (ধর্ম্ম) শু অসিদি লাইনিং লিচৎ মীরৈপাকচা খুদিংদশু খংহনবগী দরকার ওই।

হায়রিবা লাইনিং অসিবু নিংলবা চৎলবদি তাইবংদা পোক-লিবা ঐখোঙ্গী মীপুম খুদিংমক অসি অমবু=অমনা তুক্কচবা হং-গোম্নবা লৈতবা হুংশিনমা লৈমিন্নবশু য়াগনী হায়না থল্লি। অচুগা অরাং অপা লৈতনা পানমিন্নবশু য়াগনী থল্লি, হৌজিক মীয়াম পুন্নমকশু খংনরিবা চৎনরিবা রাজনিতি=ধর্মনিতি হায়রিবা পোৎশক ২ অসিবু, নুপা অমস্তুং নিপি ২ বু হায়বতনী অচুনবী ধর্মগা—রাজনিতিগা ২ অসিশু খুৎশম্নমা চৎমিন্নদবা য়াজবা রাজনী

হায়রিবা কর্ম্ম য়াওজবা রাহেল্লি অচুম্বা ঈংনা তপ্পা লৈপাক মপ্পা তপ্পা পান্দবা হায়বদি থক য়ারোই। মতুংগী খুদমদি নিপি য়াওদনা পান্নানা যুম পানবা যুমবু অচুম্বশিনি হায়বদা থোইনা ছায়ল্লবা থোকলোই হায়না খল্লি।

মথাংগী হন্দক্কী এ নিংবা হায়বা লাইনিং অসিদি য়াম্না কুপ্না য়াম্না নুবা খাওল্লম্বগা লোইবা লেজবা লাইনিং অসিবু নিংবা ১ম্বুং চৎপা অ্যারবদ হৌবদগী লোইবা "এমগী ওকজেকপা" থাগদবনী হেনা এদি অচুম্বা ধর্ম্ম অ চৎপনি হায়না লেপ্থোকপগী মীয়ামগী অমাংবা ওইগনী।

থাগদবা মচৌদি এগী ইংখোল এগী ইয়ুম, এগী ইশা অসি পুম্নমক লোইনা থংবা ভাবনী এনা করি ওইরিবা এনা কাব ভোরিবা এনা চংলবা এগী ইরমচৎ এগী ইরান অসি খুদিং অসিবু লোইনা থাগনী এনা থংবা নত্তুনা মীনা এগী ইরানদি কৈদৌবৈ-দম্মু থংলোই এত্তনা এগী ইরানবু থাগদবনী।

হায়রিবা অসিবু থলবদি অকনবা খুংগুং খুংলাই শাবগীগুম থোইনা মথো তাদে চৈরাপ কোর্ট লিংবগীগুম থোইনা সরকার লৈত্তে এনা এগী অরোইবা মুমিত্তা মুংশিজরবা ইপা ইমা, ইচিল ইনাওশিংবু কনাগুম হনমিন্দবগুম্না এগী ইরান অচুম্ব কনা অমত্তা য়াওবা ইনবা থকগুম য়াম্লোই লম্বী মশক থংবা থকশি থাশি থংবা য়াম্না খুমাংবু থংবা লৈমা—নিংথৌবু থংবা রাজ্যগুমনা ইশাদা থল্লবসু লমচৎতি ইমাদা তমগনী হায়বসি এ নিংবগী মচাক্কী হায়বা অসি মতম খুদিংদা কাওকরোই।

হন্দক্কী ই নিংবা হায়বা লাইনিং অসিদগী থোইনা হেম্না য়াংবা লম ইনিং অমা মৈতৈ ত্রবমাক্লে হায়না থজবদি হৌপা ইপু ওইবংশংনা ফাওবিরম্বা প্যাওরোলা করি অমুক হায়রি —'হৈচাশা ঐ মশক থজই' হন্দক্কী মী হায়বসিদি মালেম মৈলুং কোগায়হনা থিকরবত্ত 'ক্রংল-রোইদবনিঃ অছগা লাই হায়বসিদি অরাক্লপা উম্নগদবা নত্তে নক-মন্দুনা উদবনে মরম অসিনা হন্দক্কী লাইনিংবা হায়বসিদি ইশাকমক খজদনা চিংক্রু লাইবু কংজমলোই অহনা ঐ মশক থজলবদি লাই-বু শু মশক থজব। হুমগনি হায়না তাকপীরম্মী।

আসেম ইবোবী মৈতৈ

লংঝুম



### তরুণ কুমার শুবা মতাং

# মৈতৈগী লম্জিং

হন্দক মৈতৈ চংলম য়াংবি অমাইবশিংগী অমাইবা পুন্নেনন' পুখংশিরক্কুনা ধর্ম্মগী ওইবা য়াফমদা লাইরিক মচা অমা ওইনা থোক্কুনবা কোংনবিরকপা অসিদা ঐনা ইয়াম্না অসিবু থাগৎচদবা ওমজদে, মতম শাংনা থুমফম = অমসুং থিফম হংকম খংদনা কংঙাওনহুনা লৈরম্বা ঐখোঙ্গি অসি হৌজিক ইপা — ইমা মশক খংজরে, মহুদি —

ময়েক্লা ঐখোঙ্গী ইপানি = ইরোম্না ঐখোঙ্গী ইমানি হায়বা অসিগুম্বা অসিগী মাথংদগী তাজরে, অমসুং খংজরে, মথাদা তাইবংদা পোক্লিবা নমু তাইবং মীওইবা থুদিংমক অসি লাইনিমাগী মাগী = ঐগী = ঐগী ইরমচংনা = মরমচংনা থিংজাবা ওইহনবনী হায়না তাকপিবা অসিদা ঐনা অহানবদা হেক তাজবদা ঐনা মশালদি খোঙনা পুক্লিংদা থল্লি করিনো ঐখোঙ্গী ওজা অসিবু ঙাওরবগা ঐখোঙ্গী মীবু লাইনি হায়রিবা অসিবু হায়না থল্লুই অহুবু

মতুংদা অশুম — অশুম থগৎপিনুবগদি লাইগুরু হায়না অরু অরুবা মতাংদা শিজিনরম্মী ঙ্গখন অঙ হেক ফংবদা — অমুক্তা থম্বরে মহদি অতৈ অতৈ মরুম কদাইদা শিজিনবগে হায়না অমুক য়েংবদা নিং-থোবু লাইনিংথৌ থাংশ্বা স্নাহাক্তক্তা হায়বা অমা অমুক থেংনরে কৌজিক্তি থলজিল থলপিনুবগা এখোঙ্গী ইরৈপাক অসিগু লাই-রৈপাক হায়বত্রবু অশেংবা ওইরমলে এখোঙ্গি অসিনা খোইয়ুম লাইগী মচা মশু ওক্তা ওইরমলে।

অতুগা ঐখোঙ্গীনা লোম্লিবা ইমালোন অসিনা ইমা লৈমরেন সিদবীগী শক্তম ওইরমলে অতুগা অমনা য়াম্বা অসগী মথৌজাল-দগী লোইরবি চিংলোন মপাললা কোম্বিবা অসিনা লৈপাক্কী লৈখোইরেননী হায়বশু খংওরে — অতুগা মালেম থক্তা হৌরিবা লোইরবি চিং থুদিংমক অসিনা থমবালগী লৈনানি হায়বশু খংহল-বিরে — শিংলেন লৈমিং লোরগা লৈপাক হায়নশু কৌবনী — লৈগী লৈমিং লোরগা লৈমরোল হায়না কৌবনী — অতুগা থমবালগী লৈনা মথক্তা লৈপাক লৈসি হোই হায়বগী অসিশু কৌবনি হায়বা খংজরে — লৈনা লৈনা পাকথোকলকই হায়বগীবু লৈপাক হায়নশু কৌথিবনী হায়বা অসিশু পুক্লিং শেংনা খংজরে।

অতুগা ক্রৌ হুমিং চৈশিংথিনরিবা অসিশু কৈদৌনোংগীনো হায়বা অহুশু খংজরে মতুদি — ওসি — হয়েং — হংচিং — মশেম — ম.খৌ মকাপ — মশিং হায়বা অসিদি অতুগৈ থমবালগী লৈনা মথক্তা মালেমগী লৈপাক লৈসি হৌথিবদগী লোরগা খোনথিবা ক্রৌ

নোংজা তরেৎনী হায়বগু কংজ'র মতুংদি লৈনাগী মথক্তা লৈপাক কৈশি গোই হায়বগী অসি—থ্বেংনা থেংনা হাল্লি হায়বগী খথেং—খম্বাল লৈনা অমগা—অমগা হংচি লাকনা হাপ্প হায়রগী হং চিং—শেঙ্গা শানা হাপ্পি হায়বগী অশেম—পোনা—পোনা হাপ্পি হায়বগীগু মরো—অতোংবদগী অকুৎপদা কাং কাপপগুগ্না কাপতু ছুইরেন থানা হাপ্পি হায়বগী মকাপ—সিং নাননা শেঙ্গা মশিং কৌনা কোলোই মিংথোল্লখ্রানি হাইবগু খ জরে হায়রিবা অসিদি মীওইবা অনা ওইনা পোক্লবদি তঙাই ফংনা খংদবা য়াম্রবা মচাক্নী।

মথাদা লাইনিংবগী কান্নবা মরম করিনো অমসুং কয়ানো অহানবদা নাদনবা—অনিশুবদা লাইরবনবা হাপ্পরিবা অসিদি মীওইবা খুদিংমক্তা ওইবা তংঙাই ফম্রবা মুমিৎ খুদিংগী কাওফৈবা রাফমনা, মতুংদি নাবু নাবিবদি লাইগু নি রে, অনাবা অচু নিংলগা ছতুমক তোকলে—অচুগা লাইরম্ববা অমা লাইনিংবা গুমত্রে লাইর বা অচু নিংলগা অচুম্নম তোক্নে মরম অসিনা য়াম্না তমথিংবা শাহিচাগী লমচৎ আস ওস্বা মথৈ লানথোকপা ওমনবা হোৎনবদি তাই মচুদি অচুম্বা অরেপ্পা লম্বীদা খাংলগা মরমনাই কান্নবা নত্তনা লৈপাক খুাইগী কান্নবা লম্বী অদি, মীয়ামগী পুক্নিং চিংশিন্নগা মীয়াম চংজুনা ধর্মগী লম্বীদা চংশিনলবদি নোংমগী নক্তে নোংমদি অকবগু—কক্তবগু চপ মাননবা তুকশোই হেক শোইদনা নম্বেল অমতদা খুংশিননা চংশিনবনগনী হায়না খল্লি।

মথক্ত পানদ্রখবা খবাল লৈনাগী মশক ওইরবা লোইবিতিং

খুংদিংমক অসিনা মাইকৈ অকমদগী মথং=মথং লোনখৎনরগা থমবাল অমগী লৈওং তাগনী=অহুগী লোনথংকদবা মরোন খক্তি লোইরিওংগী মথক্তা লাংকোলনাচংবা লোনখৎপা=ক্যাংকোদগী ইথক্তা ললহানপুং লানখৎপা=মখারোমদা খাংজিং চিংজায়= শুগুরুনচিংবা অ,সগী মথক্তা ললঙমচিং লোলখৎপা লোকপা চিংগী মথক্তা চিঙা শিঙুম লোনখৎপা=অহুগা নোংপোক লোমদনা শিখোং শিঙেল চিংগী মথক্তা নোংমাইচিং নোংমৈপুংনা লোনখৎপা অশুম হায়না মাইকে খুদি দা লোনখৎলগা থমবাল অমগী লৈওং তাগনী। 'কথাদা মাননবা হুৎতুম :—

অহুমগা মীও বা ঐখোঙ্গৈ খুদিংমক অসিগু থমবাল অমা ওইনা শাৎলকপান এখোঙ্গৈ=ঐখোঙ্গৈগা লোইরনকখিবা নাওকম অহুনা থ-না শেমচোংনী হায়বা অসিগী খুদম অাস দাক্তরশিংনা হেন্না কুপ্না খংলবনি মরম অসিনা মালেমগী থক্তা পাল্লিবা তাইবং মীপুম খুদিংমক অসিদ লাইনমক থমবালগী লৈকা পাল্লিবা ঐখোঙ্গৈ ইশেলনী চপ মাননবনি মরম অসিনা মাননবগী মতুংইনদা ধর্ম্মশু অমত্তা ওইনা চংপনা চুমগনী অহুগা লাইনিং লিচংশু অমত্ত ওইনা চংপা হায়বা অসি মশানা অহুম্মক পুজরকনী।

মথাদা মহুদি তাইবং ঐখোঙ্গৈ খুদিংগী ইথরাই ইমিরেন ওইরিবা (হুম্রি) মহাকী কোলোই=মিংলেন অসিনা অচান মীরাই লৈতনা অথংবা থংদবা আহৈবা=হৈহবা লাইরবা রেনাক খুলবা অকনবা অশোলবা খাক্তনা চপ মান্ননা হিংমিন্নরিবা মন্না নোংমগী নত্তে নোংমদি ঐথোই পুম্নমক অসি অমত্তনী হায়বসি শোইদনা

খংনরকাখিগনী খংনরকলবা মতুংদা মৈতৈগী ওই। ধর্ম্ম অসিদা পুম্না চাহি চনি য়াংখেরোম চৎলখিগনি চংলগদবা অদুবু কোংচে অমত্তদা ফালবা হায়না কৌই = খ নৈ অমসুং মরম অনিবু য়াম্না কৈবা মীওইশিংনা লুপা অমগী পৈশা অচোইবা অসি পৈশা জমফু-গা মরিনা লুপা অমা ওইরম্মী অমসুং শারম্মী শারম্মা অদুবু হোৎ-তুনা মতম অহুনা পুরক্লগা। হৌজিক্তি ঃ—করেনসিদা একসে। এক্কাকার হায়বাস চানবী অদুগা মমাল্ভেদশু মৈতৈ এখোঙ্গী লৈপাক অসি শেল চাম্মানা চৎলম্মী অমত্তা ওইগদবনি হায়না শেনগী মরিদশু অমতনী হায়না শ তনা অমদি নমতুনা চৎহনক্লিবা অসিনি অদুতৈ ঐনা পোকপদগী ঙসি ফাওবগী রাংলদা। হাক তনি হরি নামবু য়াম্না থাজবা মীওইনি অদুবু য়ামবা অচোবা অ সগা মনাক্তা অচিকপা খিতুনা চিক্না তপ্না হংজ্রবা মতমদা (হরি) হায়বা অসিদি অপোকপা খোন্দোকনী = অদুগা অমনা অমাংবনী গায়না তাকপি-বদগী অনিগী অরেপ্পা চাংয়েংজবদা হরিগা হরিগা অনি অসি হরিমা অমাংবা ওইরমলে = হরিনা তাইবং এখোঙ্গী ইথরাই ইমিরেননী হায়বা অসি মথৌজান্দগী খংজরে অমসুং ফংজরে ফংজক্করিবা অসি মীয়ামশু থম্না নৈনতুনা য়েংবিয়ু মালেম অসিগী মথক্তা পাল্লিবা মীওইবা খুদিং অসিগী ধর্ম্মগী লু চংবশিংনা মাগী মাগী মমারোননা লোইনা থিত্তনা থম্নরিবা ভাক্তনী থম্নরিবা পুম্নমক অহু মাং — মাংদা থল্লগা গোট — অমসুং ঈশ্বরগী নাম অমসুং মিংথৈ অদুবু নৈনবা অদুগা অচুম অরানগী মরিদা অমবু অমনা কত্তে হায়বা থোক্তনা চাং অমা অমুক য়েংনবিয়ু — য়েংনবিগদবা ময়েংনদি মাগী মাগী

ধর্ম্মগী লাইশোলশিং অহু মানা মানা পাম্ব। লাইশোল অহু শোল-লগা মখুৎ মখুৎতা মাইকথোল অমমমম পাইহল্লগা মচিন ংশিন্দা। শোল্লবা মতুংদা পুলিসনা গাট তৌরগা মাইল অছুমদং লমজেল চেলহল্লবিয়ু মতম অতুদা (গোট) অমম্বুং (ঈশ্বর) অহুগী মিংখে অহু শুকশোই হেক শোইদনা থোকলক্লনি = থোকপা অহু মীয়াম্না অরেপ্পনি হায়না লৌবিয়ু কনানা জিশু = কনা আলাহ্ = কনানা হরি = কনানা বুদ্ধদেব। কনানা রাম = কনানা কৃষ্ণ = কনানা গুরু গোবীন্দ = মহাবীর = (হয়ি) অশুম হায়না মাগী মাগী লৈজ লৈজবা অহু পুথোক্লনা অমুক্তংদা য়েংনা থোকপিয়ু হায়না নিংশিংজরিবা অসি ধর্ম্মদা শিংনবা নত্তে অসিদি মতম অসিগী ওইহৌগদৌবা ইতি-হাসিক অমগী মচাক ওইনা তানজবনী অয়ানবা = অশোইবা লৈরবগু লৈপাক মীয়াম্না ছাকপিগনি হায়না ঐনা খনজে মরমদি ঐথোঙ্গী মীওইবা খুদিং অসি কনাবু অত্তোপ্পা অমা ওইনা খঞ্জে কল্লাগা = নোকপগা মাম্নরিবা মখৈ মৈতৈ ঐথোঙ্গীগী ইচিল-ইনাও ছাক্লনী হয়ি = হয়া হে কোলোই হয়ুম = হয়ুম = হয়ুম ॥

থোকচোম মধুমঙ্গোল মাইবা
ম্নাকোম্বুং ইম্ফাল ॥

---

## তঙ্খংশুবা মতাং

# মৈতৈ-নাৎ (কষ্টম)

তাং ৮।২।৮১ ইং দা মণিপুর সনাকোন্থুং দরবার হোল্লদা ফিনশিংবা মীফমদা, য়ুম্নাম-চা বুদ্ধিচন্দ্রনা "মৈতৈ নাৎ" কী (কষ্টম) হায়বা হিরম অসিগী মতাংদা খিবা ৱা.ফাও।

য়েলহৌমৈগী পাথাঙকোক পুথাঙকোক মথং মথং লেংওল লেংসিন্নবা চৎনরক্লবা মৈতৈ ঐখোইগী ইনাৎসিং অমস্তুং চৎনরোল-সিংবু মৈতৈসিংনা চেৎনা লূনা নীংই। ইনাৎকী অমাম্বা শরুক মৈতৈসিংনা হৌজিক ফাওবা চাক্লি। মৈতৈগী চৎনরোলসিংগী মহুংদা য়াম্না কজরবা অতৈ কাংলুপসিংনা তমজনীংঙাই ওইরবা শরুক কয়াম্তু য়াওরি।

মৈতৈসংনা য়ুম অমা সাক্লুনা লৈরবদা, লাইনিংথৌগী খুফম অমা লাইরেলবী লৈমারেলগী খুফম অমা য়াক্লুনা থম্মৈ। হৌজিক্তা অনৌবা মওংগী য়ুম কয়া সানরক্লুনা লৈমরেলগী খুফম য়াবা চমক্ত্র-মন্থু লাইনিংথৌগী খুফমদি শোয়দমক য়ানরি। মসিমক মৈতৈ নাৎসিংগী মহুংদা য়াম্না কজঐবা, অতৈ কাংলুপসিংনা তমজনীংঙাই

ওইবা মওংনি। মসিনা থৌরাম্বগী হকচাংগী মরী, লৈলৈ খেরাম পানবসিংনা লাই হায়বসিগা লৈনবা মরী, থুম্লবা লম্যেল অহুবু ইরাই লায়না খঙহল্লি।

খুমুংলোনগী রাথলদা।

মীওইবগী তুংনকম ওইরিবা, লৈনরিবা য়ুম অহুদগী তোপ্পা নত্রগা থাপ্পা লাইগী খুকম লৈগ্রবদি কাওবা নাইবা অমসুং তনবা নাহুবা মীওইবগী মপোক্কু। নোংম, নত্রগা নোংমদি কাওবদগী নত্রগা শনবদগী লাইগী পাওতাকসিংবু সোয়বা অমসুং নোংমগী তোগদবা থোগলশিংবু কাইরকপা হায়বসি ময়েক্কা ভাবনি। য়াম্না হেন্না খম্মোয় চেৎপা অখাঙ কনবা মী খরা নত্রগা, মী চুম্নক্কা ওইনদি অকায়বসি সোয়দনা থোকই। লৈনরিবা য়ুম অহুগী কা অমদা লাইগী খুকম অমা কন্দুনা লৈরবদি, (মীসিং অহুনা য়ুম অহু থাদোক্নুনা চৎখিবা নত্রবদি) কাওবা নত্রগা তনবা হায়বত্তু লৈত্রে। নোংমগী তোগদবা লাইগী থোরমসি কায়দনা সোয়বা নাইদনা সেবা তৌবা ঙমই। ময়ম অসিনা তেংবানবা সেম্বীবা মপু অমা লৈ হায়না থাজরিবা মীওইবসিংনা লাই নীংজবদা, মশানা লৈজরিবা য়ুম মহুংদা লাইগী খুকম অমা য়াহুনা থম্মি হায়বা মৈতৈগী চৎনরোল অসি খ্বাইদগী খুদোংচাবা লম্যেলনি।

অহুংলোনগী রাথলদা।

থৌরাম্বগা হকচাংগা অনিগী লৈনরিবা মরী অসি মৈতৈগী চৎনরোন কয়াদা মমি ভাহল্লি। মৈতৈসিংনা থায়নদগী, য়ুম

সাবদা ; মীওইবগী হকচাং কয়াংপু নীংশিংতুনা য়ুম সাই। হকচাং কয়াংকী মরু ওইবা মকমসিংবু সারিবা য়ুম অতূদা হকচাং কয়াংকী মতুং ইন্না তাক্লবা মকম কাসিং অতূদা লাইফম ওইনা থমই।

"অতেক অকাঙ্গ লৈতবা য়ুমদা মীওইবনা পুক্লিং লৈতানা ইঙনা লৈজবা ঙমই। অনা অয়েক অসোয় অঙাম লৈত্রিবা হকচাংদা, থৌরায়না ইঙনা লৈজবা ঙমই।"

মৈতৈসিংগী ঈশ্বংবোনগী হাথলদি মীওইবগী লুরাই লিল-কুদা য়াইবীরেল সিদবনা লেঙদনা লৈবীতুনা ঐখোঙ্গ মীওইববু হিংহল্লি য়াইবীরেল সিদবনা লৈবীবদগী খোয়দোদা লৈরিবা থৌরায়না মনিঙ তম্না হিংজতুনা তায়বঙ পানবগী অকবা ফংতবা অরাবা নুংঙাইবা খৈবীকী ময়াইবু চুপতুনা মথৌ তৌজবা ঙমই। তায়বঙ পানবগী ময়াই চুপচবা কংহনবীরিবা য়াইবীরেন সিদববু থৌরায়না মতম পুম্নমক্তা লৈশী লৈথোনজে। য়াইবীরেন সিদ-বগা থৌরায়গা, হৎন থানবা লৈতনা হকচাং কয়াং অমতগী মঙ্গুংদা লৈমিন্নতুনা মীওইবগী হিংলিবা পুন্সি হায়বতু ওই। য়াইবীরেল সিদবগা থরায়গা খাইদোক্লবা মতমদা সিরবা পুন্সি হায়বতু ওইরে। য়ুমগা হকচাংগা, মীগা থৌরায়গা, য়াবীরেন সিদবগা লাইনিংথৌগা পান্দমনবনি লম্নেল অসিবু নিঙশিং-তুন, হকচাং কয়াংকী মতুং ইন্না সারবা য়ুম অমসুং কয়াংকী মতুং তায়কপা য়ুমগী মকমসিংদা লাইগী থকম য়াতুনা, অকাওবা অমসুং অতনবা লৈহনা লৈশী লৈথোনজরিবা অসি মৈতৈগী ইনাংনি।

অতোপ্পা অমনা যুম পাল্লবী চহুনা মপুরোয়বগা পুকচেল খোয়চেল তিনবক্তুহুনা মপুরোয়বগা থাময়নরকপা খোল্লবদি, চহু অহু "তুমন" হায়বা মিংথোন অমা পীরে। চহু অহুনা পুকচেল খোয়চেল তিনজবা অতোপ্পা মপুরোয়বা অমদা অমুক যুম পানবা য়াহন্দ্রে। করিগুম্বা যুম পানবা খোল্লবদি লুপ্রাবী অমস্তুং লুপ্রাবীনা পোকপা মচা মশুসিংদা পীবা চৈরাক অহুগুম্বা "তুমন অমস্তুং তুমন পোকপা মচা মশুসিংবু চৈরাক লদিগুম্বা পী।" সম্বা হায়রবদা তায়রবতু মী ওইরবস্তু মুপী ওইবীগী মপোক্তি, মপুরোয়বা অমদগী হেনবা য়াদে হায়বসিনি।

মথক্তী অদুদগী অমুক হেন্না সাথাবা অমনা, য়েক মশেন লৌন লৈনবা, সাইরুপ ফিন্নবা মশেন লৌন লৈনবা অসিনা অমুক হেন্না অকনবা চৈরাক পী। মুপী মুপা অনিমক অমস্তুং মখোঙ্গীনা পোকপা মচা মশুসিংবু; শাগেগী ভাইগী কাংলুপকী অমস্তু' মীয়ামগী মরক্তগী মখোঙ্গীবু হৈনখোল্লুনা হোৎঙাম্না থমই। য়াকম অসি শন্দোক্না হায়রক্লবস্তু খায়না থঙনরবা য়াকমনি।

করি মরানপীদমক চৈরাক পীরিবা

লুপ্রাবী হায়বসি কনাস্নু ওইনিংলোই অমস্তুং ওইনীংদে। মুপীহুনা লমহেনবা নত্রগা ওক্তবদগী মপুরোয়বা সিদা মৎতে। মাইবা দাক্তর অমস্তুং মরাম চঙহুনা; শেল থুম অণ্ডবা পাক্লল পুখোক্লনা কমনবা হোৎনমদা ওবদহুনা সিখিবা ডাক্তনি। মসিবু লুপ্রা ওইরে হায়রিবী চহু অহুগী মরান ওইকম খোকপ্রা?

কংঙবা মুপা থোকলুহনা মপুরোয়বগী অওং-অনৈদা থাঙবদা য়াবক্লবী; মীওইবনা থাঙবা ঙম্বগী পনখৈদগী হেনজিল্লক্লবদি, মপুরোয়বা অহু থাদোক্লুনা মপামদা হল্লকপা. থাইনবা হায়বসি মশানা তাবনি। মীওইবা পুম্মক্কা পাল্লিবা খঙ্গোয় অহুগুম্মা হায়রিবা চন্নুসিং অসিগীসু খঙ্গোয় পাল্লি। করিগীদমক মখোয়না মুপাগী অওং অনৈ হেন্না থাঙহনা মপুল্সি চুম্মা মমিত্তা মপি কংদনা লৈকম থোকপগে? অসিগুম্বী চন্নুসিংবু মীনুংশি খঙদনা মরান শীজিনবা অচুম্বা ওইগদ্রা? মপুক চুমদবা ওক্ত লংচংচংপা মুপী মুপাসিংগীদমক্তি মশা মশাবু হেন্না অকনবা চৈরাক পীক্ম থোকই। অহুগা মচা মঙ্গা কাওবদি চৈরাক পীক্ম থোক্কে। মথক্তা পনখ্রিবা মীওইসিং অমস্তুং মখোয়না পোকপা মচা মঙ্গাসিংদা মৈতৈ ঈনাংকী চৈরাকসিং অসিনা; ল্লিংজেল মান্নবা; মীয়ামগী অপুনবা কাংবু (সমাজ) অমা সাগংপদা অকায়বা পীরে। খুদম ওইনা হায়রবদা; মথকী মীওইসিং অমস্তুং মখোয়গী মচা মঙ্গাসিং অহু, মীয়াম্না হীদাকচু কিদা তিন্নবীদে। শাগৈ ঙাই অমস্তুং মীয়ামগী চাকখুমদা মখোয়বু চঙহন্দে। মখোয়না পোকপা ঈশিং মীয়াম্না থকপীদে। শাগৈগী অমস্তুং খুলপংগী লাইহরাওবা অমস্তুং চাক্লোন কংপনচিংবা মীয়ামগী ওইবা লাইগী থৌরমসিংদা মখোঈবু লাই পুহন্দে অমস্তুং শোকহন্দে। মখোঈসিং অসি মীওইবা মরক্তা পোক্লবসু, মীয়ামগী মরক্তা হিংমিন্নবগী মুংঙাইবা শরুক অমু মখোয়গীদি খুংঙ্গে। মপুল্সি চুম্মা নীংঙমদবগী মুংনাংবগী চাওরবা পোংঙুম অমনা নম্মুনা লেল্লি।

মস্যু. লাই মহাক্না লৌশিনকম থোক্তবনা, অম্বান খুমম কংকম থোক্লে।

মীওইবগী মনাংকী চৎনরোনসিং অসি কৌব্রবা মতম অমদা অকবা চুনবা ওইরল্লবস্যু, নৌনা লাক্লিবা চুনরক্লবদি মতমদা চুনবা মওংনা হোংদোকপা হায়বসি তম্বারকদে। থাম্নবৈদগীস্যু লাক্লিবা মতমগা চুনবা মওংদা সেম.দাক সাদো ক্লুনা মথং মথং চৎনরকই। মতুদি—শাগৈগী মম্নুংদা সিবা নত্রগা পোকপদা য়ুম মাংবা চাক হেনবনচিংবা মৈতৈসিংগী মনাং অমা ওইনা চৎনরি। য়ুম মাং-ংিবৈ মম্নুংদা লাই তৌলগা মরী লৈনবা ঈরাং থৌরম অমতা তৌবা য়াদে। শাগৈ অচৌনা পীক্লিবৈদদি করমই। শাগৈ চাওখৎলক্লবা মতমদদি, অমা সিবগী সোরাং সোক্লিবৈদা, অমুক য়ুম মাংশিন্নক-তুনা ধা ৪/৫ সোরাং সোনবা য়াদতুনা খুদা.থীবা কয়া থোক্লক্লবদা শাগৈগী মীয়াম তিন্দুনা শাগৈ অতু ফুরুপ থরা থোক্লা থাদোকই। ফুরুপ অমগা অতোপ্পা ফুরুপ অমগা; পোকপা সিবগী য়ুম মাংনদে অমসুং চাকহেন চাহেন তৌনদে। মসিবু "পু তিন্নবা ফু কায়-নত্রবা শাগৈ কৌই। মসিনা তাকপদি, নাংকী চৎনবী পুন্নমক মীওইংনা সেম্বনি। মতম মতমগী খুদোং চাগদবা য়েংতুনা সেম-দোক সাদোক্লুনা চৎনরকই। হৌজিকস্যু মতমগা চুনন্নবা নাংকী ৎনবী পুন্নমক মতম অসিগা চুনবা মওংদা সেমদোক সাদোকপা য়াইক্লিহোয়বসিনি।

মতমগী থোয়াও তাগদবনি,
মতমগা চুনন্নবদি সেদোকদবনি।

মালেমগী ময়োম্নগীনা কাচিন কোয়া য়ৌনা, পাক্লবা ইথং কয়া লায়া, য়াংলবা চীংলোম কয়া কাওনা লাওনরক্লিবা খোল্লাওংলি, "মীগা মীগা খেন্নবা য়ায়োই, অচৌ পিশক অতোন অতাং অশেং অময়াং থায়রিবসিং অসি; মীয়ুংশি থগত্রবা মীওইবগী, থাডউথকী থুংসেম গাক্তনি" য়াকম অসি হৌজিকয়ুক লাওনরিবা মতম অসিগী খোল্লাওনি।

ঐখোইনা থম্নুনা য়েংসি - অসিগুম্বা লাল্লাওখোলনা অতিংগা কুয়া নিল্লক্লবা মতম অ'সদা, ঐখোইগী ইনাংকী চংনবী কয়াশি, "অককুবা মতম লৈত্তনা মরান লৈক্তরবা মী কয়াবু; চারোন গুরোন য়শীং কক্তনা চৈরাক (দণ্ড) পীহনা; মখোয়বু মীয়ামগী মরক্তগী কাওথহনা থম্বীবা চুমগ্রা ?

মপু অমত্তনা সেম্বা, খেন্নবা লৈত্রবা, তারবরূপান অসিদা থাডউথকী থুংসেম, নাংকী চংনবী কয়ানা মীওই কয়াবু নাংকী কৈত্তমসত্তদা চংনবীগী য়োংহিত চন্দুনা, মীওইবগী থম্মোয়গী নীংতম্বু খি লি মখোয়গী পুক্নিংদা মীয়াম তিনবদা মায়খোং মকা লাম্বা কংক্লদে। মখোয়বু কনিগীনো, নাংকী কৈত্তমসত্তগী কোনখেমদুংদা য়োংহিত চন্দুনা থম্বীরিবা ?

মৈতৈ ইনাংকী চংনবোনসিং অসি হৌজিকী মতম অসিগা চানরিবনা কদায়নো, চানদ্রবনা কদায়নো থম্নোক থরক্লিন তৌহনা নৈনরগা; চানরবসিংবু মত্তমগা চানবা মওংদা হোংদোক্লগা; মচোই মচোই তারক্লবা মরায় লুকথরক্লবা মৈতৈ কাংবু অসি; মপাক্লম

কল্লবা লিংজেল যাল্লরবা, মীগা মীগা খেল্লবা লৈল্লবা, খোং মাল্লনা হিংমিল্লরবা, লৈত্তানা লেল্লবা পূন্সি অমা ওইহল্লসি। মাল্লকৈ মৈতৈসিংগী মীংয়েং থম্বীবা অমসুং অনৌবা খোঙথাং অমা লৌনবগী মতম চাল্লবনি।

ছুম্রাম-চা বুদ্ধিচন্দ্র
পিশুম নিংথোম্বম লৈরক
ইম্ফাল।

---

নিপালশুবা মতাং

# তাইবং সেম্বা মপু লাই

ঐ—মশক থংবা মীওইনা (লাই) মশক থংবা কৌই। ঐ—হায়বদি থরাই মশক থংবা হায়বনি।

অশ্নি মরু—পূ: কাঙ্গমী চাদা নাওদরকপা .... .... .... .... লাইগী শাচং লিচং চংলগা (লাই) মীলাই ওইবা হায়বসি ........... উমং লাইনা ভুদমনি। লাই মখোয় খিবিকম্নু ............ ছুম্রাক মচা তাঙ্গুম কৌই॥

১। মীলাই হায়বদি মকাক্তী কয়াৎ পেপুক চুংদা অমোংপা থমদবা, অরানবা চৎতবা, চুপ্পা থল্লবা—কাইদা লান্দাক্লা থল্লব', মীওইবু ? ঐবুস্সু খ বা, মীবুস্সু খংবা লাইবুস্সু খংবা লাই।

২। মালেম ফা'খোং (৯) লাপ্পবা – উখিন্নবা – থাপত্রবা॥

৩। হকচাংগী কয়াৎ (৯) নকপ্রবা – নকমনপ্রবা নকপদগী উত্রবা "ঐ"॥

৪। য়াম্না – লাপ্পা নক্লবা॥ য়াম্ন' নক্লা থাপদ্রবা॥

৫। উত্রববু উবা ওস্না॥ হায়বা ওস্না॥ খংবা ওস্না ল'ই .... .... .... মীলাই .... .... ........ .... হায়না লৈশি লৈখোলনৈ॥ লোম্বা নাইদনা মীংলেন লৈহৌই॥

অইবা মতেক থরা আসদগী পাথোক্কে মালেম ফাংখোং ৯ নকশিলগে হকচাংগী কয়াৎ ৯ ইগদববু চেদনা য়াংতনা তোক্কনি।

মী .... .... .... লাই .... ... .... পুম্নমক্কা থোককম॥

১। পাকথোক্লা থোরককে
২। শিকসননা থোরককে } অমৎতা

১! উমন্না .... .... .... কোইনা খিবা

২। উ মখোংনা .... .... .... নক্লা খিবা॥ কোইনা লাপ্পা খিবা॥ নক্লা খিবা॥ হায়বা অসি পোংশকতি অমৎতনি।

অয়িবা :—

ইরেংবম স্নাতোন
য়াংবৈ থাংজম লৈকাই

---

মাপল শুবা মতাং

# মঙাংগী পাওতাক ওইরবা

তাং ৮ | ২ | ৮১ ইংদা স্না কোনুং দরবার হোলদা ল্লেপ্নখিবা মিটিং অদুগী রারেপ মতুং ইন্না ঐ নিংবগী মচাক ওইরবা রাহৈশিং অসি লানখংচরি।

হাঙ্গি হয়াহে, লূনা হেন্না রাংনা কোয়না মালেম শিনবা থুংনা নত্তিক থাওমদবা লৈকোয়ব ও। লূরাং নহাক্কি পাওহংখোন মী-ওইবগী হকচাং কিচুপ অতুম কারাং মাপনগী খজিক রাহমগে উনবী পুক্কিং তপ্না পুক্কিং শেল্লোং নিক্তনা পাইমা লৈচঙনা ....... ঙা-ও। সে সে লৈকোয়বা, মীওইবগী মপোকপে রাম্না তাঙলবা মপোক্কে, অদুবু মীওইবনা মানা মানা ভোজমনগী মহৈ কংজবনি। মশাগী কান্নবা ওইজবা পাম্বা মপুক্কিং অরেপ্পা লৈতব. মশাত্তগী হোৎনবা লমচৎ শাজৎ কায়বদগী অরাবা কংজবনি। মী-ওইনা পোৎশা মপোকসিদা ভোকম থওদনা, ঈশিংখক্তা কঙ-তাওবগুম মঙলানগী হুংঙাইবা ঈপাক্তা তাওহনা মপুন্নি লেলহ'ন্ন হে হুরাঙ লৈকোয়বা হায়বসিদি পুক্কিং মখল মখেন লাইয়ে' কনানা হুংঙাই

য়াইফ রাজ্ঞ পাদ অহোঙ অচাও অচা অথক অকে অমৌ পামই। কনা অমনা অচৌ অপাং অথোই অহেন মচিন চৎপা পামই' অসি-গুম্বা তাইবঙ্গী মঙগুম্বা অপক লাং অসিদা হঞ্জিন হঞ্জিন থুহনা ঈথক ঈরাং ঈপাক্তা তাওহনা লৈনরি। মসিনদি তাইবঙগী মপোক অমরক্তস্থু অমুক কপদবা ওইদে তাইবঙগী মপোক ওইনা পোক্লরবদ, পাঙ্গল কল্লিঙৈ লৌশিং ফরিঙৈ মিৎ না শোক্লিঙৈ মপোক অমরক্তা ফরুনবগী মশান তাঞ্জগদবনে। মশাগী হৌরক-ফম লৈরিবা মফম হঙ্গিলফম থঙনা পানগদবনে, মশা মশক থঙনা হুরায় মথক থঙনা হিংলিবা, ঙসি হয়েং থঙব য়াহিপ চাকচা ফম-ফম মিকপ থোকপা হৈরবা, চেঙফু মরোল অহুম চেকপ কিশি থঙলবা, মহাক মশক থঙলবা মীওইশিংহনা অমরক্তি মপোক্তা মপোক য়াইফবা ওইনা পোক্লরগদবনে

হে লুরাঙ লৈকোইবা উনবী পুক্লি' পীনানা ভা'ও মীওইবা হায়বসিদি নোংদম্বা মাপী থুৎসিন্নী পোক্লবদি শিগদবনে, শিরবদি অমুক পোক্লগদবনি। হিংলিঙৈ মতমদা কংলা ফিহুপ অহম্মাগী, হম্বাগ লৈহুমনুংগী চিঙভু শিদবগী লাইনিং মরমচৎপু, মতম লাক-য়েন ফিহুপ অহমনা মীওইবনা লাই নিঙগদবনি হায়দবরা লুরাঙ। মীওইবা হায়বসিগী মপুক্লিংদি মথন মথা ক্লামইদো মাপী মাপী পুরিং মতুং ইন্না ঐদি পোকচরোই পোক্লমস্থু মুংঙাই য়াইফ ওইনা রাত্ত পাদনা লন থুমগী মপু, ওইবা কনা অমনা মীথোই মীহেনবা মচিন মন্না চৎপা, কনা অমনা মশক মতৌ ফজবা মাপী মাপী রাথনগী মতুংইন্না অনকপদ. অমস্থুং অথাপ্পদা কয়া চত্নুনা লাইকং ভীনকং

ভৌনরি। মতু হক্লা লাই অতু কংঙত্রা হায়বদি হেক কংবা য়াদে লুরাঙ ও, অসিনা, অথাপ্পা অনকপদা চংলূত্রগস্থু মী মহাক অতুনা মপাঙ্গল কল্লিদৈ রাথম্না লাম্বা কংলিদৈ. মীওইবগী চাকচা ক্রমকম মীচং শাজং পরিঙ পথাপ কায়দনা পূক্রিঙ অরেম্বগা লোয়্মনা মশা মশক থঙনা চিঙচ্ লাইবু নিঙজরবদি শিরবস্থু য়াংদৌ লম্বী লম্মুক্কদনা চংখিত্নুনা মপু মাগী নাক্তা অন্দনওমনা পল্লুবা য়াই। মতুমক্লা পোক্তবদি য়ারর্‌রোই, পোক্লম্বগা মানা মানা ভোজমনগী অক ফত্তা মহৈ কন্না কংজগদবনে, মরম অতুনা মীওইবা থরায় পাল্লিবশে পোকপা শিবা হায়বসি দি, থরায় পানবা পুম্নমকসিনা কাউরেল শল ওইরগা শিদবা কুকনা শলশেল নহা ওইরগা, অচং চত্তা থরায় পাল্লিবা খৈবিকনা থাসিবু কোম্থোক কোনশিন ভাথোক থাশিন ভৌত্নুনা শাম্নরিবনি। কুম্মৈ অতু লোইশিল্লগে হায়রবদা মী-ওইবতা নত্তনা কোরৌ মালে চুমিং খা থৌরায় মিচাক অচং-চত্তা লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমকসি লৈরিবসিগু মী ওইবস্থু লৈররোই দৌবনি। পুম্নমকসি লৈথিত্রবদা চিঙচ্ নোংম্বগী থৌশিল্লা ইনৌ-নৌনা শেমগং শাগত্নুনা তাইবঙ পানবা অমা অমুক ওইরক্কদবনি. অসিগুম্না মী ওইবা থরায় পানবা অচং চত্তা পুম্নমকস্থু তাইবঙ পানবা অমগুম্বনিনে লুরাঙ।

মরম অসিনা তাইবঙ পানবসিদা চিঙচ্ মহাক্লা লাংরেল থমছুনা, থরায় পানবা পুম্নমকপু অপক লাংদা থমছুনা চিঙচ্ মাগী লাইকম্রেন থোয়ুম মাগী লাইতিনকোন অরাং কোরৌ নোং লাইরৈপাক, চকমোম থাম্বীনা খোঙ খিংবা নমু পোংলাইমনা

য়োঙমদা মীয়াইমনা ফংঙমদা হজোই নুয়া কুমদম শঙ. খোল-ভয়েং কম্বান্নাং মশানৌ লাংওন চাওবা মৈয়ময়েম্না চিংঙু মাগী ওইরোম থাবা ওইনা থোগল্লবগা। ম্না চোঙলেন খান শেকপিন মৈনা মথোন মাপন্না থোগন্না কোয়ৌ নোংজা ভয়েংনা থোগল পুক্লিঙ হু, চিংঙু খোঙকম লেঙদনা খোইমোম লাইয়েম্বীগী। চেংলৌ মিংফম হোংদনা তাইবংনা শান্নরিবা কুম্মৈবু উনবা খোয়দনা য়েংলিবনিনে হে লুয়াঙ। চিংঙু মাগী লাইকয়েলবু থরায় পানবা কনানসু য়োবা ঙমলোয়রে. হে-লুয়াঙ পুক্লিং পীনা না-তা-ও, তাইবঙ পানবসিবু ভয়ঙ ওইরিবৈ চিংঙু মথন্নতাইদো. চিংঙু মাগী মফয়েলবু হান্না শেল্লবগা তায়বং পানবা ওইরকপনি, হালেন কানবা মশাদগী মশা-লৌ পুখোক্লবগা চারি মপান থা, মৈ নোং মউ লিংহুনা অচং চত্তা. পুম্নমকপু পুখোক্লনা তায়বং মপুং ফাবনি। অহনা হে-লুয়াঙ ও চিংঙু মনিং তম্না লাংওন তৌহুনা তায়বংদা শান্নবা কুম্মৈনি, চিংঙু কুক্ক শিদববু খঙজনবা থরায় পানবশিংদি কুক্ক মশামক্কা খংনবা পাংথক্লে। অহ্ ওইবা নিগী তায়বং পানবদা লা য়েন চামনিপানবু থম্মনি. মশা মশক খঙজনবা লীচং-শাজং চুম্নবা পুক্লিং অয়েপ্পা ওইবতনা, ভয়ং ঈপাক লান্দুনা চিংঙু মাগী লাইভিনকোন কোয়ৌ নোং লাইয়েপাকপু য়োবা ঙমজগনবনে।

লাইনা পানবা হায়বদি কোয়ৌ মালেম শেম্না তৌবগী মৈশেম্না লোইবা ফাউববু, চিংঙু মপুয়েন শিদবনা পানবা ক-হক্কো চক অহানবা, পাখং য়োরয়েনবদা পানবা খোই হক্কো..., কৌব-য়েম্না পানবা পোই হক্কো চক হায়রিবা চক মরি অসিবু লাইনা

পানবা চক হায়না কৌই। চক মরি অসি লোমখিংগা অতিয়া শিন্নবগী লাংওন্না নিংথৌ কাংবনা পানবদগীদি হয়ি-চক মীগী চক হৌরে, হয়ি চক অসিদগী চিংডু লাইবু নিংবা কৌরক্রে, অতিয়া শিন্নবনা তাকশিরন্না থৈনা মতুং ইন্না। মালেম লৈখোয়রেন কংলা স্না য়াইকোন্নংগী অকোয়বা মান্নকৈ নিপানদা. নিংন পুং নিপান লৈবগী নিংথৌ কাংবদি হয়ি চক মথায়, চল্লকপদা চি.ঙ্ম য়াইঃরু উমংলেন্দা লাইনিং পরৈ হৌরম্মে। মপান্নী তারি লৌশিংবনা হয়ি-চক মতোল লোন্না, নোংগোক মিমরি উমংলেন্দা লাইনিং পরৈ চেংখি। তারী লৌশিংবগী মপান্নী শাকপ্পদি মৈরুম থমরি উমংলেন্দা লাইনিং পরৈ চংখি। শাকপ্পগী মপান্নী ৱাংকাপ্পদি খা থংবা লি মরি উমংলেন্দা লাইনিং পরৈ চংখি। ৱাংকপ্পগী মপান্নী ককশুবদি, শন্থোং লায়চি অমরি উমংলেন্দা লাইনিং পরৈ চংখি: ককশুবগী মপান্নী তোলোংবদি, নোংচুপ পাংবা নি-মরি উমং-লেন্দা লাইনিং পরৈ চংখি। তোলোংবগী মপান্নী পিতিঙ্গোইদি, লৈপাক মীয়াম পুন্না হপ্না উমং নিপানমক্তা লাইনিং পরৈ চেংখি। পিতিঙ্গোইগী মপান্নী লাম্বীচাদি, লিক্লম লায়চি শিমরি উমংলেন্দা লাইনিং পরৈ চংখি। লাম্বীচাগী মপান্নী শপাইবদি, অৱাং হীঃ মরু উমংলেন্দা লাইনিং পরৈ চেংখি অদুনা হে লুরাঙবও, হয়ি চক্তগী পানগ্রিবা নিংথৌ পুন্নমক কংলা স্না য়াইকোন্নগী মান্নকৈ নিপানমদা লৈবা লাইনিং কম নিপানমদা, লাই নিংনরম্মী মহুনা লাক্লখোকম ওইরম্মে, মন্নন শুপতোংপান থেংক্রুচিং হান্না শেম্বা কোন্না লোইবা মালেম লৈখোয়রেন, কংলা স্না য়াইকোন্নুনা

থোইনা কেনবনে। হায়রিবা নিংথৌ মরোনশিং অসিদি অয়েঙ্গনা লায়রক্তে মতুংদা মীপা লাইগা চঙংনরবদদি য়াদনা লাই ফংবা য়াবক্তা লীচং শাজং কায়শিলক্লে য়াহিপ চাকচা ফশিলকত্রে। তঙ্গনা মী ওইবশিংনা অয়াবা ওইনরক্লে চিংঙু লাইগী লীখোঙ মুংশিংক্লে, খৌরোংদবা কয়া তৌরক্লে ঙাংঙোইদবা কয়া হায়-রোইদবা কয়া মাঙওইনরবগী মানা মানা থৌজননগী মহৈবু মতোম্না ফংজখিনি তায়বঙ পানবাশদদি খোয়ুম লাইগা মী ওইবগদি মহৌশাগী ওইনা অতুম মঙায়, থম্মোই চেংনা অয়েঙ্গগা লোইননা লাইনিং পরে চেংচরবদি য়াম্না নক্লা লৈবনি। অনিংবা ওইনা লাইনিং পরৈ চেংপদি নাওয়তোং হায়বা শিংঙেল লৈরাংগা পাংথক্লি, অকংবা তলা উ না শুম চারবা পংলবা পুম্নবা তুঙস্বনে।

হে লুরাঙ লৈকোয়বঙ নশা মশক থংঙো থরায় মশকপু লেপ্পা থংঙো, মীওইবগী মশাদা মরম তক্কা য়োম্না পুরিবনে, হায়বদো য়েংলুগনো হায়ববু তাক্লগনো ঙাংহৈদবা ঙাংলুগনো পায়-হৈদববু শোকলুগনো চঙহৈদববু চঙলুগনো, মিংনে—নানে—মা-কোয়ে চিয়ে থুংনে খোঙনে তকুক অসিনা পুরিবনে তকুক অসিগী লুচিংবদি পুক্লিংনে। পুক্লিংবু কাজিনবা হৈতু পুক্লিংনা থাইগী মকুনে, পুক্লিংনা লেংত্রবদি অয়েঙ্গা ফংবনি নপুক চুম্মো হে লুরাঙ নঙগীবু হায়বনে নহাক্লা লম কোয়না চত্তুনা থিকতুনস্সু উমং অশোংবদা লৈকুতুনস্সু হৈকং লৈকং ঈরাং থৌনি কয়া কৌতুনস্সু থিবা ফং লাই উবা ফংলোই নাকোংনা তাবগী মখৈ ঙমখৈ লৈতনা তারকনি চিম্না শোনবগী মখৈ শোনগনি অমানবা

খুঙমদি ফংলম্লোইয়ে। শিদবা মহাক্তি অচৎ চক্তা পুম্নমক্তা লেংদনা মক্ষম পুম্নমক্তা পৈবনি, মপান মরা কৌকম শাংক্ষম থিবা থক্তদবনি চাওগে মনিং পিক্তে মনিং শিবা লৈতবা পোকপা নাইদবা, তরং মালংদা মত্তোম মণ্ডায়বা মতোম্নগী মশানা ভাইবঙপাল ওইরিবা পোকপা শিবা মহাক্তী খৌশিম্নি, মহাক্তা হিংহল্লি য়োকপিরি পুম্নমক্তী মপানি পুম্নমক্তী মমানি।

হে-লুরাঙ লৈকোয়বও মপু মাগী মতিকপু থাঙমলোইয়ে, ঐনা নহাক্তী হায়রিবসি পুক্লিং পীনা নাত্তাও। নংনা ভাইবংগী অরান খুঙম ফংগে হায়রবদি, মী ওইবদি পঙংনা পাল্লি ভাইবংপান অপংবনা মাং ওইনবা ভাইবংনি। ঙসি হয়েং হায়বা তৌগুনো হাওনা চমফুৎ চাউ, ফনা ফদি শেংলো, তকলো শিদং শোনগুনো নরান থুমলুং শেংও, শমু মহাক মকহনগুনো, উনবী পুক্লিং লেপও, য়াথং রাচুম তুও, য়াইবী থরায় ঙাকও, তরা চাকতং শেংনা চাও, ভালোর হুগুম নিংও, পথুম লৈনেম পক্তনোও, মহাক মশক খংও, লাইবু মশক খংও, নশাগী থোরককম মশক খংও, লৈকম মশক খংও, হজিনকম মকম খংও, ঙসি মশক খংও, হয়েং মশক খংও, পলেম পম্লো খংনা চংলো, লাই ওইরবা কুক্ত অহল লমন খংনা চংলো, মায়চৌ মায়নৌ মশক খংনা চংলো, তুম্বা হৈত্ত, শিবা মশক খংও, হন্দকী মপোক খংও, হয়েংমুক্তী মপোক খংও, নশাগী থাগী খোংচৎ খংও, নশাগী লিক্তা শেংবা হৈত্ত, লাইজ ঈশেং খংও, ঈক্ত শাক্তেং হৈত্ত, লাইজ ঈশিংগী খোংচৎ খংও, হায়রিবা লীচৎশিং অসি কায়দনা খংনা চংকহবনে। লীচৎশিংসি কায়দনা চংচরবদি

লুরাঙ, কোরৌ লাইরৈপাক্তা হনখিবদা অপনবা লৈঙনা য়ৌরুগ-দবনে অসুম থংও।

উনবী পুক্লিং য়াংবা, কঙ্গাউ মৈরা থোকপা, লন-পাম ঈথৌ লাংবা, পুক্লিং অঙক চংবা, নাপন ময়ায় কাবা, য়েক্ল পাওলৈ চেনবা, মীনম্, ৎরান কৈবা. লৌ:শং লাংথাক কনবা মশাগী ওইজবা থিবা থরায় পানবদু জুংশ হৈহবা মীগী অরাবা থংদবা. মীগী মাঙ নবা হোৎনবা হায়রিবা লীচৎ অসি থাদোক্লগা চিংঙু লাইবু নশাবু মশক থংনা নিংগদবনে। লুবাঙ নংগী শমু হকচাং ফিজুপ মাপনমদা লৈরিবা চিংঙু লাইবু মফম থংনা, লাইশক তীনশক থংনা য়াইবী থরায়গী মপু থংনা, নোংদমবা শিদবা কুক্ল মহাক্কী কন্থী থংনা লৈ রবদ, নহাক্কী হৌরকক থ না হন্ডিনজগদবনে তাইবঙ অমম্ব। ঈপাক অচৌবসিগা লুরাঙ শমু নহকশাংগা অমত-নে। অহুনা হে লুরাঙ শমু নহকশাং থংনা চিংঙু লাইবু নিং.জৌও মসিবু মী-মরূ; মী-মহেন, থরায় চঙখোনবা মীপোক য়াইকবা লাইবু নিংবা কৌয়ে। অসিকুম্বগী মকমদদি হয়েং তাইবং ঈপাক লাল্লমদাইদা শিদবা কুক্ল মহাক্লা লমজিংবিহুনা, মপু মাগী থুকয়েন চিংঙু লাইগী লৈপাক অথোইবদা য়ৌখিহুনা অমত্তা ওইনা তিন-থিগদবনে। হে-লুরাঙ নখোয়গীদমক হায়র নে পঙগুনো শিংও ওমথৈ লৈতবা লোইবা লৈয়োইদবনে অসুম থংতো।

অসুম হায়না নিংথৌ নাওখিথোং মলাক থক, লুরাঙমচিংবা মচা মনাও হুক্ক,মরিগী মকময়া মঙাবনা অকপিক্লিয়ে। হে

মৈতৈ লৈমগী মরন

মী ওইবশিংও মণ্ডাং মপাওতাক লীচং শাক্সং পুম্নমশি [illegible] কায়দনা চংচরবদি, মীপোক মাইকবা থরাম চঙখোনবা [illegible] নিংবা ওইরগদবনে, হয়ি হায়না শোন্নসি হয়া লাওনা শৈথারসি।

শিন্দোকচবা :—

অভি, মোইরাংথেম ইবুংঙোতোম্বী মৈতৈ

এম্ এ খোবুমেল

কংলৈপাক মৈতৈ ঈনাং মরুপ বাংথৈ।

এম্ সেক্রেটরি মৈতৈ লাইনিঙ (পাখংবা মরূপ) ১৯৪৬ ইং

---

### তরাশুবা মতাং

# মৈতৈ অমসুং মীতৈ

ঈনিংথৌ ইবুংঙো, ঙসিগী মীকপ অসিগী ময়ায় তাংখল লৌবিরিবা, সনা কোম্বুং লোয়শঙগী পণ্ডিত অচৌবা অতুগা ঙসিগী মীকম অসিদা য়াওবিরিবা অহল-লমন. মরুপ মপাং পুম্নমক। ঐখোঙ্গী মৈতৈ লৈবাক অসিদা য়েলহৌংবৈংদগী লৈরকপা তম্পাক অসিদা লৈরিবা কাঙলুপ অসিবু মৈতৈ হায়বনা চুমলিবরা নত্রগা মীতৈ হায়বনা চুমলিবরা হায়বসিগী মতাংদা ঐনা খঙজবা খরদং তরাগী শন্দা থমজগে।

কংলৈ মৈতৈ লৈবাকী মরোল ওইরিবা তম্পাক অসিদা য়েল-হৌবৈংদগী খুন্দা-লৈজাহনা লৈরক্লিবা মীওইশিং অসিবু ঈনা ঈপূ-শিংনা মৈতৈ হায়না অহুম হায়নরম্মী। চহী ৩৪/৩৫ রোম অসিগী মমুং অসিদগীদা মীতৈ হায়বনা চুম্মী হায়বা ;রাকম অমা খরা খরা হায়নরকপদগী হৌজিক্তি মসিনা রাফম অমা ওইনা তৌনরক্লিবা অসিমক ঐখোয়গী খোইদোক্লা ল্মাইবক থীবনি। ঐহাক ঈশামক্তী রাখলস্ত্র মৈতৈ হায়বনা চুম্মী হায়না লৌজে! মরমদি :—

মৈতৈগী অহল-লমন লাইনিং পরৈ চেংলবা কয়ানা খল্লীরম্বা লাইরিক কয়া অচুগা মখোয়না তাকপী-তম্বীরম্বা মতুং ইন্না "লাই-নিংথৌ পাখংববু মৈ কৌবা লাইনি হায়না উরাংনরম্মী। মখোয়না তাকপিরম্বা মতুং ইন্না হৌজিক কাওবা লাইনিংথৌ পাখংববু মৈ কৌবা লাইনি হায়না নিংনরি; শোয়রি অমম্বুং উরাংনরি। মৈতৈগী সলাই ৭ (তরেৎ) হায়রুনা লৈরিবশিং অসি লাইনিংথৌ পাখংবগী মচা মশুশিংনি। মরম অদুনা মৈতৈশিংনা মৈ কৌবা লাইবু চেংনা নিংনরি। মৈ কৌবা লাইগী মচা মশুনি হায়বগী রাখলদা শিরগা মৈ খাচনা হোরককমদা অমুক হিল্লবনি হায়বসি অচেৎপা রাকম অদু ময়েক লানা হৌজিক কাওবা চংনরিবা অসিনি। মৈতৈ রাহৈদা "তৈনরকপা" হায়রগা চংখরকপা/লোঙ-থরকপা অদুগা "তামনা" হায়রগা "থাপ্পা" লৈববু খঙনৈ। মরম অ'সনা মৈ কৌবা লাইদগী তৈথরকপনি, মৈ কৌবা লাইবু চেংনা খঙনা নিঙজবা, শিরগা মৈ খাহুনা মৈদা তিনবা কাঙলুপনি হায়-বগীদমক কাঙলুপ অসিবু মৈতৈ হায়না খঙনৈ।

হায়রিবা কাঙলুপ অসিবু মীওইবনা কীচৎ কোনবগী মরম থোইনা লৈতে। মীওই খরনা হায়রি। মতুদি :—লাইনিংথৌ অশীবন মালেম শেম্মলকপা মতমদা তাইবং মী শাবা হৈরুহুনা অহিয়া সিদবগী মিতম লৌরগা তাইবং মী শেখত্রি। মতুদগী লৌরগা মীতৈ লায়গদবনি হায়বা রাকম অয়া পুখোয়রক্লি। তাইবং মী পুরমকপু মীতৈ মগ্রগা মৈতৈ কৌরগা কাঙলুপ অমগী মশক 'তাকপদি মায়রোই। মালেম অসিদা লৈরিবা তাইবং মী হায়রুনা

লৈরিবশিং অসিগী মপুংদা য়াম্লবা কাঙলুপ থাবদেংকুনা লৈরম্বনি। তোংঙান-তোংঙানবা কাঙলুপ খুদিংমকপু কাংলুপ খুদিংগী মশক খঙনবগীদমক তোংঙান তোংঙানবা কাঙলুপ/কাঙলুপকী মমিং খোম্নুনা লৈনরিবনি। খুদম ওইনা হায়ররবদা আফ্রিকানশিংবু মৈতৈ হায়রুবা য়ারোই. জর্মনিজ, জপানিজ, তাঙ্খুল, অনাল কবুই, মরিং, খোংজাইশিংবু মৈতৈ হায়রুবা য়ারোই। মৈতৈ হায়রুবা য়াদবগী য়াওনি অচুম্বা মখোয়শিং অমিসু ভাইবং মীনি, মখোয়শিং অসিদা মৈতৈশিংগা খুৎসেম অমতনি হায়বসিদি লেংবা য়ারায়াইদবা য়াকযনি। মরম অচুনা অতিয়া সিদবগী মিতম লৌরগা শেমলিবা ভাইবং মী ওইবনা মীতৈ কোপদবনি হায়ব য়াকম অসি নৈনবা য়াকপ্নী, চৎনবা য়াবা য়াকম নত্তে।

অচুগা কনা কনাগুম্না অসিগুম্বা য়াকম অমা পুখোরকপস্নু য়াওই। মচুদি:-অরিবা পুয়া কয়াদা "মইতৈ" হায়বা ময়েকপু অসিনা ইবা কয়া থেংনৈ। Garmmar গী মতুং ইন্না "ই" অসী "f" গা মায়না লৌরগা "ম" দা "হি" তপ্লগা "মিতৈ" হায়না পাগনি হায়নরকপু য়াওরি। ঐগী য়াখলদা য়াকম অসিবু অচুম্বনি লৌবা ঙমজদে। মরমদি:—"হি" হায়বা চৈতপ অসী লৈবা মরম্না "মইতৈ" হায়না ইরম্নবু "মিতৈ" ইখোকপা অমসুং মসিগী মওংনি হায়বসী য়াবা ঙমজদে। হৌজিকমক চৎনরিবগী মতুং ইন্নগদ্ন "মইতৈ" হায়বা য়াহৈ অসী "মৈতৈ"গা চপ মান্নবা য়াহৈনি। থায়নগী অহলশিংনা অরুম-অয়াং কুম্না য়েৎলগা হৈন-রম্বনি। "মৈতৈ" হায়বসিনা অয়াংবা য়াহৈ ইরকপা মতমদা

"মইতৈ" হায়না ইনরম্বনি। মসিনা কৈদৌৱৈদসু "মৈতৈ" গী ৱাহৈরোমদা পুন্সিল্লকপদি মায়োই।

ঐহাক্না খ্বায় ভরাগী মফমদা অরোয়বা ওইনা হায়জনিংবদি মৈতৈ লৈবাক্তী ময়োল ওইরিবা ভম্পাক্তী লমদম অসিদা মেল-হৌদৈদগী থুন্দা-লৈভাহনা লৈরক্রবা কাঙলুপ অসিবু "মৈতৈ" হায়বনা অচুম্বা ওইগনি। ,রাকম অসি ঐনা লৈসেমলোন অরিবা; লৈথক-লৈথারোল, ইয়েংবা পুরারি অমদি থিরেল লায়াং কৌবা পুরারিশিং অসী য়েংজবদগীসু অচুম্বমক্নি হায়না লৌজরে। হায়-রিবা কাঙলুপ অসিবু মীতৈ হায়না লৌননবগী মতীক চাবা ময়ম খোইনা লৈতে হায়না খ্বায় ভরাগী মকম্দা থমজরি।

খ্বায়গী :—

লাইথুরাম ইবোবী

ৱাংখৈ কৈথেল অণাংবী, ইম্ফাল।



তম্লামাংথাই শুবা মতাং

# ঐ হায়রবসে লাইনি

কুক্ক লৈমবনিনা মহৌশা ওইবা য়ুমকম লৈগনি মহাকপু লহান লোং মালেম হৌতৈ, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, অতিংঙা লৈপাক মঙা অপি লৈকম থোকই। তাইবং পোকপদা থিংকোক্লে থিংকোক্লে, হায়বা অসিনা মঙা অপি পুলশিনবা মতমদা তাইবং ওইরে, মরমদি মাই হায়বা মশক কুম্লে থাইদোক্লগা মমিং অমমম ওই মহৌশা ওইবা থুংলেম্না পোকপদগী থরাই জীবগী হিংমবগী চিঞাক লোই-মরকই জীগীত ইমাগী খোম্নাংনি হান্না শেমলবা য়েরুমগী অঙাংবা শরুক্কা জীবনী, অচৌবা শরুক্কা মচিনজাক্কী চুগজাকী মপালগী লৈখিক্কা নাকন্দা পান্নীবা মরুগী মশমদা মরু চংই মপাল শাংজবা চুগজাক্কা মরু চংদে রাখল লাই, ওই ঐ হায়বা অসিনা কুরুগী মশক্কী লাইমী মশক উদে রাখলগী মশক উদে, ঐ লৈরগা রাখল, মরম অসিনা লাই হায়রবদো ঐ ওইবা তাবনী শৈরেং ওইনা নিংশিংজবি।

লোংজম বদনচান্দ

---